অতোপ্পা খোঞ্জেল

মণিপুরী শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক

বোর্দ ওফ ইদিটরস :

হাওবম গৌরদাস

থোকচোম যোগেন্দ্র

নোংথোম্বম শ্রীবীরেন

লোংজম জয়চন্দ্র

---

থোঙবা :

নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি

পাউনা রোড, ইম্ফাল, মণিপুর

অহানবা থোঙবা। মে, ১৯৭৫

কপি মশীং। লীশিং অমা



মমল। লুপা মঙা

মথুম :

পুথোক্কুনা য়েকপা। থোইদিংজম তোম্বী

নম্বা। দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল

লাইরিক মচুংগী শরুক নম্বা :

দি সেভেন ইউনিয়ন প্রেস

পাউনা রোড, ইম্ফাল, মণিপুর

# তৌবিমল উৎপা

লাইশ্রম সমরেন্দ্রগী শৈরেংশিং "মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাংলে" [ ১৯৭৪ ] দগী, অতুগা মাগী শৈরেং "হূরানবা মচা" না 'রাখল' ১২ শুবা মশীং [ওক্তোবর ১৯৭১] দগী ; এলাংবম নীলকান্তগী শৈরেং পূন্নমক "চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি" [১৯৭১] দগী ; কাঙজম পদ্মকুমারগী শৈরেং "তাইবঙপান" মাগী লাইরিক "সন্ধ্যাগী ঈশৈ" [১৯৭২] দগী ; নোংথোম্বম শ্রীবীরেনগী শৈরেং পূন্নমক মাগী লাইরিক "তোল্লবা শাতুগী রাখল" [১৯৭০] দগী ; রাজকুমার মধুবীরগী শৈরেং "অমম্বদা য়েংউ" মাগী লাইরিক "কায়রবা মূর্তি উরগা" [১৯৭০] দগী; মাগী শৈরেং "মমশিল্লকপা ঙাইবা" 'রাখল' ১৭ শুবা মশীং [জুন ১৯৭৩] দগী ; সনখ্যা ইবোতোম্বীগী শৈরেং "খুঙ্গঙ অমা" 'রাখল' ৭ শুবা মশীং [ডিসেম্বর ১৯৬৯] দগী ; থাংজম ইবোপিশক্কী শৈরেংশিং মাগী লাইরিক "অপাইবা থরায়" [১৯৬৯] দগী, অতুগা মাগী শৈরেং "কাউত্তর" না 'রাখল' ২১ শুবা মশীং [ সেপ্তেম্বর ১৯৭৪ ] দগী ; য়ুমলেম্বম ইবোমচাগী শৈরেং পূন্নমক মাগী লাইরিক "শন্দ্রেম্বী থোরক্লো নহুম পোঞ্জেন শাবীগে" [১৯৭৩] দগী ; রাহেংবম রনজিংকী শৈরেং "লম্বী" 'রাখল' ১০ শুবা মশীং [সেপ্তেম্বর ১৯৭০] দগী, মাগী শৈরেং "উকং" 'রাখল' ১৭ শুবা মশীং [জুন ১৯৭৩] দগী ; লৌথোক্নুনা ফোঙনবা হায়জবদা য়াবিরকপগীদমক নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা তৌবিমল উৎচরি ।

য়াওরিবশিং

# ৱামাঙৱানবা

অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী অপুনবা মশক অমা পুবা ওন্বা লাইরিক অমত্তং সমিতিনা পুথোকনীংবা মতম কুইরক্লবনি। চহী অনী অহুমসিদি তশেংনমক ৱাখল অমদি মঙ অসিদা সমিতিনা নৈত্তুনা লৈরক্লি। অত্তুবু অরুবদি, নাথৈ শেংবা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী তরু তরুনা ময়েক য়াম্না শেংনা শকপান্নবা য়াবা লাইরিক অমা ওইনা পুথোকপা হায়বসি য়াম্না কুপথনা খন্থরুবদদি তরাই তরাইবা অমদি নৎলগদ্রে। মসিগীদমক য়াম্না কুপ্না নৈনবা চাংতম্নত্তুনা মাংবা খেন্নবা পুথোকপা অমদি নিয়ম চুম্না মীৎয়েং অমা শাগৎপগী মথৌম্ন তারকই। মরম অসিনা লাইরিক অসি থোক্লবা অমদি মশক নাইবা লাইরিক অমগু ওইনবগীদমক মীওই মরিনা শাবা বোর্ড ওফ ইডিটরস অমদা মপূ ফাবা নীংতম্বা পাঙ্গল পীত্তুনা শৈরেং খনবগী নিয়ম অমদি ক্রাটারিয়া শেম্নবগী অমদি শৈরেং খনবগী থৌদাং অসি শিন্নৈ। শ্রীহাওবম গৌরদাস, শ্রীথোকচোম যোগেন্দ্র, নোংথোম্বম শ্রীবীরেন অমসুং শ্রীলোংজম জয়চন্দ্র মীওই মরিনা বোর্ড ওফ ইডিটরসকী মেম্বর ওইবিত্তুনা থৌদাং অসি পাংথোকপিবগীদমক সমিতিনা তৌবিমল খঙবা ফোংচরি। বোর্ড অসিনা য়াম্না কুপ্না অমদি মুন্না খন্না নৈনরবা মতুংদা চাউবা কমলগী মতুংদা লাকপা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী ওইফম থোকপা ক্রাটারিয়াশিং য়াংত্নুনা (ক্রাটারিয়াশিংত্তদি ইডিটরশিংনা পীবা ৱাহৌদোক্তা য়াওরবনা মসিদা পঙ্গদ্রে) মত শোকপা ওন্বা শৈরেং মথৈতবু য়াম্না চোকশিন্না খনখিবনি। মরম অসিনা ইডির-শিংনা য়াৎলিবা ক্রাটারিয়াশিং অত্তু শোকপা ওন্বা শৈরেংশিংতগী লাইরিক ওইবা তাবনা, ফজরবদি য়াম্না ফজরগা ক্রাটারিয়াশিং অত্তু

শোকপদি ঙমত্রবা মক্কওইবা অশৈবা কয়াগী শৈরেং কয়া লাইরিক অসিদা হাপচল্লে। মসিগীদমক ঙাকপিগনি। ইডিটরশিংনা য়াংলিবা ক্রাটারিয়াদি শোকপা শৈরেংশিং কয়া অমস্থু ইডিটরশিংনা থিজিনবা ৱাংপদগী হাপচিনবদা চিংথরম্বা য়াই মহু ঐখোয়গী অশোনবনি ; ঙাকপিগনি। য়াওরিবা শৈরেংশিং ফোঙবদা ৱাবিরকপগীদমক লাইরিক অসিদা য়াওবিরিবা অশৈবশিংগী মফমদা সমিতিনা তৌবিমল থগতবা উংচরি।

# বাকৌদোক

অয়াম্বগী মফমদা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক অমা ফোংবা তারবদি শ্রীএলাংবম নীলকান্ত, লাইশ্রম সমরেন্দ্র, নোংথোম্বম শ্রীবীরেন, রাজকুমার মধুবীর, থাংজম ইবোপিশক অমস্যুং য়ুমলেম্বম ইবোমচা সিংহগী মিংশিং অসিনা মপুংওইনা হেক্তা নীংশিংনৈ। হায়রিবা মীওইশিং অসি মশা মশাগী শৈরেংগী লাইরিক পোঙনদুনা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী খোঙচৎ অসিদা মশক তাক্লরবা কবি ওাক্তনি। মিং পরেংশিং অসিগা লোয়নননা ঐথোয়না য়ায়া কন্না ইবা হৌগৎলক্লিবা অদুবু চপচানা মশক তাক্লে হায়নদি লৌবা য়াদ্রিবা থৈতে নহারোল কবি কয়াস্যু হাপচিন্নবা হেংনৈ। খুদম ওইনা, রনজিৎ দল্লিউ সনখ্যা ইবোতোম্বী অমস্যুং জ্যোতিরিন্দ্র লূরাঙ। হায়রিবা কবিশিং অসিবু অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক অমদা হাপচিন্নবগী তোঙান তোঙানবা পাদম পুথোক্লরম্বদি য়াই। অদুবু কবিশিং অসিনা হান্নগী শৈরেংগী চৎনরক্লিবা মশক অমস্যুং মওঙ অমদি মচুনা অপাবশিংদা ফাওহনবা মহাউ অদু নত্তবা ইতোপ তোপ্পা শৈরেংগী মশক অমস্যুং মহাউ অমা পীবা ঙম্লে হায়বসি শৈরেং খোমজিল্লিবা মী খুদিংমক্কী চপমান্নবা মোতনি। মীৎয়েং অসিদগী য়েংলুবা তারবদি লাইরিক অসিগী মস্যুং চলহল্লিবা কবিশিং অসি হান্নগী চৎনরক্লিবা অমদি লৌনরক্লিবা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মশক অমদগী হোংদোকপা লৈতে। অদুবু মতাং অসিদা শ্রীকাওজম পদ্মকুমার সিংহগী শৈরেং অমথক হাপচিল্লম্বা অসিনা অপাবশিংগী মফমদা অনৌবা শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক অসিদা মপুংওইনা শৈরেং খোমজিল্লিবা কাওবুশিং অসিগী মীৎয়েং অমস্যুং পান্দম অসি করিনো হায়বসি ময়েক

শেংনা খঙহল্লমগনি মীংই। লাইরিক অসিগী মমুং চনহল্লিবা শৈরেংশিং অসি কবি কবিশিং অহুগী খ্বাইদগী হেন্না ফবা শৈরেং নংলমদবা য়াই, অহুবু খঙ্গংলিব শৈরেংশিং নত্রগা শৈরেং অসি মখোয়বু খোমজিল্লিবা মীওইশিং অসিগী মাঙদা থম্লিবা মীংয়েং অমমুং পাদম খরদদি চপচানা নকশিনব। ঙম্লে হায়বসি চেৎনা থাজৈ।

মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা শৈরেংগী মশক অমা য়াম্না কম্না চঙলকপা। হৌরকখিবসি অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওগী মতুংদনি হায়না লৌনরি। মতম অসিদগী হৌনা ঐখোয়গী সমাজ অমসুং পুন্সী অসিদা ইনৌ নৌবা মীৎয়েং অমগা লায়ননা য়েংবা হৌরক্কনা। ঐখোয়গী শৈরেংশিংদা অনৌবা ছন্দ, রাখল অমসুং মুদ অমা পীবা তম্মীরক্লি। হান্নগী চাউবা অমসুং কমলগী মতমদা ফাওখিবা পুন্সীগী মীৎয়েং ফিদম, পি-থাদোইগী নত্রগা তাম্নাগী ঈশৈদা থরায়না লূপ্পা ঙমখিবা, গম্বাল অমা নত্রগা রাকচীংগী গুলাপ অমগীদমক পি শীন্থনা কপখিবা, মহুগী পুন্সী অমসুং মঙ অহুদগী তোথাইনা তারক্লি। অকিবা, লাঙতক্‌বা, থুংনাংবা, মফম খঙদবা চৈনা, হংবগী লোইবা নাইদবা, লম্মাওনরকপা অমদি নাইতোম তারকপা পুন্সীগী মশক, অসিনচিংবা চৈথেংশিং অসিনা অনৌবা শৈরেংগী মশক লাক্রনবা হোৎনরক্লি। অম্মুম্না হোংলক্লিবা অনৌবা মুদ অমসুং এক্সপরিএন্সশিং অসিনা ঐখোয়গী অনৌবা সাহিত্য অমসুং কলাগী পুন্সীবুসু কোনশিল্লক্কনা মীওইবগী সভ্যতা অমসুং যুগ অসিগী অচৌবা রাহং কয়াদা ঐখোয়গী কবিশিংসু শরুক য়ারক্লি। হান্নগী মমাঙগী মীরোলশিংনা উরম্বা অমসুং ফাওরম্বা পুন্সী অমসুং সমাজগী মশক, ধর্ম্মদা অচেৎপা থাজবা লৈরম্বা, মোরেলিতিদা কাহেন্না রাখল পীরম্বা, অসিনচিংবা মশকশিং অসিদগী নোংম নোংমগী তোথাইনা

তাহল্লক্লি। অশুম্না থাদোকপা ঙমত্রবা অচৌবা 'অহাঙবা' অমা ঐখোয়গী সমাজ অমসুং পুন্সী অসিদা উবা ফংলক্লি—— হান্নগী সমাজ অমসুং পুন্সী, মতমগা লোয়নরম্নিবা শক্তম কয়া তপ্পা তপ্পা মাঙশিল্লক্লি অমুগা মতমগী মহুৎতা অনৌবা সমাজ অমসুং পুন্সী অমশু মপূংফানা য়োরকপা ঙমত্রি। মসিগী 'অহাঙবা' অমসুং 'লম্মাঙনবা' মরক অসিদা নাইতোম ওইনা তরক তরক লেপ্পুনা অনৌবা লমদম অমসুং সমাজ অমগীদমক্তা লাঙতক্লবা তৌরক্লিবা মূর্ত্তি অসিমা লান মতুংগী মণিপুরী শৈরেংগী থরায় অমসুং থিম ওইরি জাতি অসিগী তুংগী ভাগ্য বিধাতাগীদমক্তা ঐখোয়গী কবিশিংনা লাঙতক্লরক্লি, ঐখোয়গী থরায় অমসুং হুকচাং অসিনা নীংথিনা পোথাজবা য়াবা পম্বুং অমা থিরক্লি, ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা শক্তিশিং অমসুং মপালগী লমগী চৈথেং কয়ানা মচেং মচেং তানা তকখায়রক্লিবা হিংবগী চৈনা অসিগী মরক্তা ঐখোয়গী অশেংবা ইশক ঙাক্লনবা হোৎনরক্লি। মসিনা অয়াম্বা হেন্না নহা ওইবা কবিশিংগী অচৌবা থিমনি অমসুং মখোয়গী শৈরেংশিংগী থাদোকপা ঙমত্রবা পোৎলূম অমনি। মসিগা লোয়ননা যুগ অসিগী অমসুং মীওইবগী হেন্না চাউবা অমসুং লুবা ব্রাহং অমসুং সমস্যা কয়াদসু তোঙান তোঙানবা মীৎয়েংদগী শরুক য়ারক্লি।

অশুম্না চৎথরক্লিবা অমদি হোংলক্লিবা থিম, এতমোসফ্যার অমসুং মুদশিং অসিগী পরিংদা ইহান হান্না শৈরেং ইবা হৌরক-থিবসি শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনি। মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা ছন্দ অমসুং অনৌবা মুদ ইহান হান্না ফোঙদোরকখিবনা কবি অসিনা ইহান হানবা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী লময়ান-বনি হায়নঃ লৌনরি। অমুবু শ্রীনীলকান্তগী শৈরেংশিংদা উরিবদি নীংবা কায়বা, আশা য়াওদ্রবা, থাজবা মাঙপ্রবা, লৈখা তানা

মাওঙবা সমাজ অমসুং পুন্সীগী মশক অহু ঙাক্না নত্তে। শক্তমশিং অসিদি য়েক্লবা হোৎনরবস্থ পুন্সীগী ফজবা খরদি মাওদা উহল্লি মুৎশি মুৎশিবা থাউমৈগী মঙালগুম। সমাজগী তৌশিল্লবা, অথীবা অমদি ক্লককচবা মশক কয়া থম্মোয়দা শাওরবস্থ অমদি মহুগী অশেংবা মূর্ত্তি খরদি য়েক্লনবা হোৎনরবস্থ লোয়া নাম্মদা শোন-বগুম্বনি, ঈচঙ থৌনা লাউনা হায়বা ঙমদে। অহুবু মসিদস্থ কবিতাগী ফজ্রবা অমদি তোপ্পা লৈজে। শ্রীনীলকান্তগী তোপ তোপ্পা কবিতাগী মশক অমদি তোঙানবা ইমেজরি অমস্থং মূর্ত্তি ময়াম লৌশিল্লগা য়ায়া ফজবা ওর্গানাইজেসন অমা থম্বা ঙম্বা অসিনি। মসি মহাক্কী অয়াম্বা শেরেংশিংদা তরু তরুনা উবা ফংবিগনি।

অহুবু স্তাইল অমস্থং টেক্নিকতা হেন্না মপূংফানা থোরকখিবা কবি অমদি শ্রীলাইশ্রম সমরেন্দ্রনি। মায়ৈগে অসিদা সমরেন্দ্রদি মণিপুরী সাহিত্যদা অকনবা পোর্স অমনি। শ্রীসমরেন্দ্রগী অয়াম্বা শৈরেংশিংদি পরেং খরতনা শাবা, অতেনবা শৈরেং ঙাক্লনি অহুবু অর্থ মপূংফানা খঙদ্রিদৈদা অমসুং নৈনদ্রিদৈদা মহাক্কী স্তাইল অমসুং টেক্নিক অসিনা ইথুংদা ক্লংঙায়বা অমা অপাবশিংদা পী। মসি ইচমচম্বা খুদাল নত্তে। লাইশ্রম সমরেন্দ্রগী অতোপ্পা য়ায়া ফজবা টেক্নিক অমনা অকোয়বদা উরিবা সমাজগী অথীবা মূর্ত্তিশিং অসি উৎননবা হোৎনরকপা মতমদা অশাউবা উৎপগী মহুৎতা করেম্নবা, কপ্পগী মহুৎতা গতি লৈতনা নোক্লনবা হোৎনরকপা অসিনা অপাবশিংগী মফমদা ঈ থোকহন্দনা চেফু অমা পীহুনা অকোয়বদা থোন্নিবা থৌদোকশিং অসিদা রাখল খলহন্নবা হোৎনরকপা অসিনি। মরম অসিনা ইচমচম্বা থৌদোক অমসুং মীশকশিংনস্থ সমরেন্দ্রগী শেরেংশিংদা অচৌবা শক্তক লৌরি। মসিগী মতাংদা সমরেন্দ্রনা শীজিন্নরিবদি

য়াম্না অশেংবা নত্রগা ফজবা পোৎশক অমগা মতুগী ওন্নতৈনবা নত্রগা নোকহনব। ঙম্বা থৌদোক অমগা পূন্না থম্মিন্নবগী টেক্নিক অসিনি। মসিগী মশক অসি কবি অসিগী অয়াম্বা শৈরেংশিংদা থেংনগনি

অতুবু অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মশক অসিদি শরোন কয়া থোরক্লি। শ্রীবীরেনদগী হৌনা চঙ্খরক্লিবা অনৌবা শৈরেংগী খোঙচৎ অসিদনা হেন্না অকনবা ফোস, মূভমেন্ট অমসুং লাইফ, মৈরিথোক্লা চাক্লিবা মুংগী অশাওবা মশক কয়া হেন্না থৌনাফনা। অমদি ইতিং তিংনা ফোংদোরকপনা অনৌবা কবিতাগী মূভমেন্ট অমা মণিপুরী শৈরেংদা চঙলকপা হৌরে হায়না লৌবা য়াই। মূভমেন্ট অসিগী মনুংদা শ্রীবীরেন, থাংজম ইবোপিশক, রনজিৎ ডব্লিউ অমসুং য়ুমলেম্বম ইবোমচা য়াওরি। অতুবু কবিশিং অসি পূন্না ফম্মিন্নরুবদনি, তোঙান তোঙানবা মশক অমসুং মায়থোঙনি।

শ্রীবীরেনগী তোপ তোপ্পা মফম অমা মণিপুরী সাহিত্যদা লৈবা তারবদি য়াম্না ইচঙথৌনা চোপ্পা লেম্বা অমসুং ফজবা অগীবগী রাফম অসি হুন্দোক্লগা অকোয়বদা থেংনরিবা পুন্সীগী অচুম্বা অসি ইতিং তিংনা থম্মোয়দা ফাওরকপা লোন্দা অমসুং মশক্তা তম্বা ঙম্বগী গুণ অসিনি। মায়কৈ অসোমদা মহাক অসি, মথক্তা হায়জখিবগুম্না, মণিপুরী সাহিত্যদা ইনৌ নৌবা স্কুল অমসুং মূভমেন্ট অমবু রিপ্রেজেন্ট তৌরি। সমাজগী তৌশিন্নবা অমসুং ওইদবা ময়াম অসিগী রারী থম্মোয়শোক্লা লীবগী মহুত্তা য়াম্না শাওরিবা নহা অমগী মশক্তা হায়নীংবদু হায়রকই ঙাঙনীংবদু ঙাঙলকই। মসিনা হান্না চৎনরম্বা সাহিত্যগী চেংলবা য়ুম্ফম অমবু মখোঙদা নীকহনবা হৌরকই। লম্মাঙ-নরকপা পুন্সীগী মশক, শন্নদ্রবা মচেৎ মচেং কায়শিল্লক্লিবা পুন্সীগী এক্সপরিএন্স, পাউখুম ফংদ্রবা রাহং কয়া, ক্রাইশিস

অফ আইদেনতিতি অসিনচিংবা শক্তমশিং অসিস্থ শ্রীবীরেনগী কবিতাগী মপূংওইবা থিম অমস্থুং থরায় ওইরি। হিংনা হিংনা পুন্সীগীদমক মিপাইরকপা, পল্লেপফম খঙদ্রবা খোঙচৎকীদমক লাওতক্লরকপা, ঈশ্বর শিগ্রবদা মীওইবনা ওইহৌবা অহাঙবা অমস্থুং নাইতোম তারকপগী মশক, খোঙদাফম অমস্থুং লৈ ৃাফম খঙদবা পুন্সীগী মূত্তিশিং অসিস্থ মহাক্কী শৈরেংশিংদা অনৌবা নত্তে। অস্থম্না হেন্না চাউবা অমদি পাক্লবা মূত্তি অমগী মগুংদা ইশাগী লৈহাউ অসিদগী ফংলকপা এক্সপরিএন্সাশিং অসি হাপচিদুনা অপূনবা শক্তম অমা শেমলক্লবা হোংনরকপা অসি শ্রীবীরেনগী ফজবা মশক অমনি।

থাংজম ইবোপিশক্কী শৈংবেংশিংগী মপূংওইবা শক্তমদি বিজ্ঞাননা হোংহল্লক্লিবা পুন্সীগী নাইতোম তারকপা রাখল, থাইনগী শাগৎগ্রবা জেল্যুজ কয়াবু মরুফুক্লা মাঙশিল্লকপা মশক, মীওইবনা মহাক্কী অকোয়বদা লৈরিবা ইনভাইরনমেন্ট অসিগা চুশিন্নবা ঙমলক্তবা তোখাইনা তারকপা মূত্তিশিং অসিনি। মসিগী মূত্তি অসিগা লোয়নননা নহা ওইরিবা কবি অসিনা হংলকই রাহং কয়া ধর্ম্মদা, চৎনবীদা, রাজনীতিদা অমদি ঐখোয়গী লৈঙাকলোন অসিগী পেন্দবা মশক কয়াদা। ঐখোয়না অচুম্বনি হায়হুনা থাদোক্তনা কোন্দুনা থমলম্বা ধর্ম্মগী মশাক অমদি লম অসিগী মীওইশিংগী ভাগ্য বিধাতাবু কূপ্না শেন্নদুনা লৈরিবা ঐখোয়গী মীহুৎনি হায়দুনা চোংথোরক্লিবা লৈঙাকলোন পুরিবশিংগী মায়োক্তা অচৌবা শীংনবা অমা য়াম্না ইচঙথোনা পুখৎলকই। অদুবু করিগুম্বা মতাং থরদদি নীংবা কায়বা, তুক্কচবা, জ্ঞান তারক্তবা অমদি চমন্নরকপ পুন্সীগী মশক নত্তনা কবি অসিগী মাঙদা করিমত্তা লেমহৌদ্রবগুম ফাওরকই। মসিনা হেন্না লুবা অমদি মগুং হুনজিনবা রাখলগী খোঙচৎ অমদা চঙশিল্লক্তুনা লেঙদ্রবা কবিতাগী মশক থরদি মতুংদা উহল্লক্কনি হায়বসি চেৎনা থাজে।

শ্রীয়ুমলেম্বম ইবোমচ সিংহস্থ চপমান্নবা মচু অসিদা শগুমিন্ন-রকপনি। অহুবু মহাক্কী শৈরেংশিংদা থাদোকপা ঙমত্রব। 'রোমান্তিক এংগুইস' অমা ইরোয়দ লোয়নদুন। পুরকপা অসিনা কবি অসিবু সমাজগী অখৌবা অমদি তুক্কচবা শক্লোন কয়াগী অচৌবা সমালোচক অমা ওইহনবগী মহুংতা হেন্না ফজবা, মপুংফাবা অমদি মচা খায়না লেংশিল্লবা পুন্সীগী মশক অমগী-দমক লাওতক্করিবা রোমান্তিসিষ্ট অমা ওইনা ফাওহল্লি। অহুবু করিগুম্বা মতাং খরদদি য়াম্না নীংবা কায়না ফজবা, অচুম্বা অমদি অফবা পুন্নমক মাওথ্রবদা ওইহৌবা পুন্সীগী মশক অহুদগী ফংহৌবা তপ্না তপ্না লৈখা তারকপগী মহাউ অমস্থ মহাক্কী শৈরেংনা পীরকই। মসিনা মায়গৈ অমরোমদা সমাজগী মুংদা চাকথেকল্লক্লিব অমদি তপ্না তপ্না শিথরক্লিবা পুন্সীগী মশক অমবু থিন্দুনা উংলকপনি। পুমথরক্লিবা পুন্সী অমস্থং সমাজগী মশক অসি উংলক্লবা হোংনরকপদ ইশামক্কী পুন্সীবুস্থ রাংনা চাক্লিবা মৈরি অমগী মন্নুংদা চাংশিন্দুনা মাওহন্নবা হোংনরকপা অসি, প্রমান অমরোমদা, পেন্দব অমদি নীংবা থুংদবা কয়ানা বূপ্লিবা সমাজগী মায়োক্তা খুন্নকপা লমন অমনি। মসিনা খরমথৌদি য়ুমলেম্বম ইবোমচাগী কবিতাগী মশক তাক্লি। মসিগা লোয়ননা মহাক্কী শৈরেংশিংনা যুগ অসিগী থাদোকপা ঙমদনা লোয়নরক্লিবা রাখল অমস্থং মুদ কয়াদস্থ শরূক য়ারি।

শ্রীরাজকুমার মধুবীর অমস্থং রনজিৎ দল্লিউগী শৈরেংশিংস্থ অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী চখরক্লিবা খোঙচং অসিদা তোপ তোপ্না শরূক য়ারক্লি। অকোনবগী কবি অসিমদি মশাগী লনাইগী লাইরিক ফোঙহুনা হেন্না নীংথিনা নৈনবগী তাঞ্জা ফংদ্রি। অহুবু মহাক্কী শৈরেংশিংদা অনৌবা ছন্দ অমস্থং অনৌবা মুদ অমা পীরকপনা মণিপুরী শৈরেংগী অনৌবা খোঙচং অসিগী মন্নুংদা য়াম্না লায়না কোনশিনবা ঙম্মি। শ্রীরাজকুমার মধুবীরগী অয়াম্বা শৈরেংশিংদা উরিবদি যুগ অসিনা পুরক্লিবা মহাউ

য়াওরক্কবা, হৈনীংবা পুম্নমক মাঙখিবা, ইশামক অমম্নুং অকোয়-বদা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমকপু থাজনা উবা ঙমলক্কবা তপ্না তপ্না মীওইবনা মহাক্কী চেৎলবা খোঙজম অসিদগী হন্দোরক্কুনা অমম্বা খোঙচৎ অমগী মথুংদা চঙবা হৌরকপগী মূর্ত্তি অসিনি। মসিনা মহাক্কী শৈরেংশিংস্সু অনৌবা যুগ অসিগী শরূক অমা ওইহল্লক্লি। মখোয়শিং অসিগা লোয়ননা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী খোঙচৎ অসিগী মথুংদা তোপতোপ্পা মশক অমম্নুং ছন্দ অমগা লোয়ননা য়াওবা হৌরক্লিবা কবিশিংদি শ্রীকাঙজম পদ্মকুমার, সনখ্যা ইবোতোম্বী অমদি জ্যোতিরিন্দ্র লূরাঙ অসিনচিংবনি।

হায়রিবা কবিশিং অসিবু অনৌবা শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক অসিগী মথুংদা হাপচিন্নবগী মতাংদা শৈরেং খোমজিল্লিবা কাঙবুশিংগী মায়কৈদগী পাদম অমা অমম্না লেপ্পি মচুদি — (ক) চাউবা কমলগী কাংলূপকী শৈরেংগী মতুংগী শৈরেংশিংগী ওইগনি। (খ) অনৌবা খোঞ্জেল তাবা ফংবা শৈরেংশিং ওইগনি। (গ) অতৈ লোলগী শৈরেংশিংগী মমি য়াম্না তাবা শৈরেংশিংদি খনবদা কয়া থোশারোই। (ঘ) জেম্যুন ওইবা শরূক য়ারিবমখৈ চ্যেকশিন্না থিগনি। (ঙ) থিমদি মখল মখাগী ওইগনি।

ইশম শম্না হায়রবদা, অনৌবা ছন্দ অমম্নুং অনৌবা মুদ অমা পীনবা হোৎনবনা অনৌবা শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক অসিগী মপুংওইবা মীংয়েং অমম্নুং পান্দমনি। মসিনা শৈরেং খোমজিল্লিবা কাঙবুশিংগী পূক্নীংদা ফাওরিবা "অতোপ্পা খোঞ্জেল" অমা অপাবশিংদস্সু তাহনবা ঙম্লবদি, ঐখোয়গী থম্মোয়দা লাঙ-তক্করিবা খরমখৈদি কোকহনবা ঙমলে হায়না লৌজগনি।

হাওবম গৌরদাস
থোকচোম যোগেন্দ্র
নোংথোম্বম শ্রীবীরেন
লোংজম জয়চন্দ্র

# লাইশ্রম সমরেন্দ্র (১৯২৫- )

## কোনুং কাং তুবদা

ঐনা চিংনবা মীকুপ্ অমত্তনি
মৈতৈ অমা লাকই
থাঙ পায়দুনা লাকই
চিংনবা লৈতনা চঙখি
থাঙনা য়াল্লে গোবিন্দগী সিংহাসন্দা!
লৈবাকমচাশা! লৈবাকমচাশা!
হো লৈবাকমচাশা!
নূপী অমনা কপই মরোন্দি থোক্কে
অহল অমনা হায়জৈ কনাস্ু তাদে
লোইনমক হায় ঐদি খঙদে ঐদি খঙদে
খঙদে কনাস্ু খঙদে
উরবস্ু উদে
য়েংউ অহাঙবদা তিনখরে জগৎকী মপু।
থাপ্পা লৈ বিষ্ণুগী অবতার
গনতন্ত্রগী গনদেবতাস্ু মরোল থোক্কবগুম তুমিন্না।

# চীং কাসি ঙসিদি

অহাওবত চাসি ঙসিদি ফজবত শেংসি!
ফজবা ফিরোল শেংলগা
চীং কাসি ঙসিদি।
কোম্বীরৈ শেংকেরা
সনারৈ ইনগেরা
থরো শেংকেরা
থম্বাল ইনগেরা
আঃ ইঙেল্লৈত্থম মাল্লে নহাক্তি!
থোরকও !—থোরকও !
ফজবা ফিরোল শেংলগা
চীং কাসি ঙসিদি
বোকুল বীরেন হো কুলো।
বিনোদিনী থম্বালশংবী ওন্থোক্না ফজখরে ফজখরে!
থোরকও ! থোরকও !
ঙঃ চেঙ তাঙবা কাঙবু ফি তাঙবা কাঙবু
চিনি লোংপা থুম লোংপা আলু লোংপা
লোইনা থোরকউ নখোয়সু ঙসিদি
ফজবা ফিরোল শেংলগা
চীং কাসি ঙসিদি
অরাংবা চীংদোন্দা
লাইরৈবাক্না শম্নফমদা
শান্নসি ঙসিদি লাইগী মচাশিংগুম্না
ফজবতা শেংসি ঙসিদি ফজবত্তা চাসি

ফজবতা খনসি
ফজবতা নীংসি ঙসিদি
ঙসিদবু ফজনা শেংলবদি
চহী অমা ফজগদৌরিবনি
ঙসিদবু ফজনা চাববদি
চহী অমা ফজনা চাগদৌবিবনি !
ঙসিদবু ফজনা খল্লবদি
চহী অমা ফজনা খঙ্গদৌবিবনি !
অতুনা লোইনা থোৱকউ ইচিন ইনাওশা।
অরাংবদা কাবিবা হো ইচিন ইনাও !
হো খুবা ! হো তাদা !
ওন্তোক্লা ফজখবেদা নখোয'সে !
চাঁংদোন্দগী যেংথবকপদদি
হে ভগবান !
অসুপ ফজববনে লৈবাক অসিবো
অম্নুপ ফজববনে তম্পাক অসিবো
অম্নুপ নানববনে খ্বাইবম্বন্দ আসিবো
অম্নুপ লিংজেন মান্নববনে মৈতৈ 'সিবো
ওঃ লিংজেন মান্নহৌবো মৈতৈ পুন্নমক ঙসিদং
চহী চুপ্পা লিংজেন মান্ননবা
অথাপ্পদা লৈবা অনকপদা লৈবা
চীংদা লৈবা তমদা লৈবা
তিন্নহৌবো ঙসিদি চহীচুপ্পা তিন্ননবা
পুকচেন শেংহৌবো ঙসিদি
চহীচুপ্পা পুকচেন শেংনবা
চৈবাওবা নুমীৎ অসিদা ঙসিদি
ফজবতা শেংহৌবো।
ফজবতা চাহৌরো !

# ঈঙাগী নোং

থাকনা লাউনা শল্লকলে ঈঙাগী নোং চুরক্লে
আঃ অনৌবা নোংগী কুচুমানবা শ্যাম
খাক্লা খাক্লা লাউথরক্লে
হে ভগবান হে ভগবান
হৈথরক্লে সহরগী তিনগী দ্রমগী য়ুমথক্তা
ঈঙাগী নোং
লৈরক খোংবান থূমলক্লে
লম্পাক লমজাও থল্লকলে
হঙোই খোংলক্লে
হৈথরক্লে নোং লেপ্পা নাইদনা
লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং।
সহরগী লমজাওদা
মচী মচীদা ঈচেন নাইনা চেল্লকলে
লম্বী ময়াগী য়ুমগী শাইজিন্দা
নোং থুপ্লম্বা মুপা কান্নদরে
চোৎনা চোৎনা চেনখরে
মতু চোংলবা ষণ অমুৰী অমত্তং
লেপ্তুনা লৈহৌরি
লেপ্পা লৈতনা হৈথরি
লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং
হৈথরক্লে নোং অমুক্তা হেন্না
লায়রবগী পীক্লবা শেগায়রবা য়ুমগী য়ুমথক্তা
কদায়দনো লায়রবা হায়দুনা।

থোঙ লোনখরে ধনঞ্জয়
মনিঙথোঙ মমাঙথোঙ পৌরোন থাগ্রে ইঙন ঙন্না
মচা মখৈস্ন লোইনা তূমখরে
মৈফু মৈজাও মখূংনা হৌহুনা
ফম্মিন্নে মাগী নূপী অতোম্বীগা
শীঙ-য়েন চহীগী পৈরে
ঙারী হরাই ঙমুলৈরো
চহী অমগী হেন্না লৈরে
কনাবুনো হৌজিক ঐনা কিগদবা
চুরো নোং হৈথরো
তানীংবা মখৈ তাজরো !
অহাঙবদা য়েংই ধনঞ্জয়
হংলকই অতুগা খঙনা খঙনা কাউথিবদৌনা
ফৌগী মমনবু কয়া য়ৌগ্রবগেনে গোমতি
মায়থোঙ মকা লাম্না অতুবু য়াম্না ঈংনা
ঙাঙনা চাকলিবা মৈফুগী মৈঙান্দা
সনা খূদোপ্তা য়েংহুনা
তপ্না তপ্না ..........
......হায়রকই...... ..
লমশাংদনা কুন্থ্রামঙা
নম্বোন্দনা...কুন্থ্রাতরেং
শীংজমৈদনা কুন্থ্রামাপন......
মায়থোঙ মকা লামই ধনঞ্জয়
অহুদি লেপলোইদৌরিনা মমনসিদি !
মুন্না য়েংই গোমতি
মুন্না য়েংই ধনঞ্জয়
লেপ্পা লৈতনা হৈথরকলি

লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং।
হৈথরকলি নোং লেপ্পা লৈতনা
বাজারগী জিংঘ মথক্তা
চোংপা ভমঙবা বিলাতমাটিদা
কম্ফোটিনা পূময়েং য়েত্তুনা
রাখল তৌই দুকান্দার মীহুংথোঙ মনাক্তা
থাররোই ঙে হরাইগী জাৎ হৌজিক্কি
মুমীং নীর্নতগা তাখিসমু নোং
লেপ্পা লৈতনা হৈথরক্লি
লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং।
চংখিদরে ইম্ফালগী লম্বীদা
মপূক লাম্লবা হুই নত্তনা
হুরানবা নত্তনা
লায়রবা নত্তনা
মুঙাওবা নত্তনা
শরুক তরা হেনখরে অহীংগী অমম্বা
ধ্যান্দা লুপখরে মহাজন
(হরি ওম্ হরি হরি)
অথাবা মুয়েৌর লীংশিন্দুনা
খুবাম চাউনা ধূপ হাপই
চাকলবা কম্বীদা
গনেশ লক্ষ্মী শিব পার্বতী
ধূপকী মৈখুম য়োমখরে
থুংলরে লাই কোটি কুম্ভ্রাহুমদোই
পরেং পরেং লাকলে মমাঙদা
পুরি গয়া কাশিদগী
ঋষিকেশ হরিদ্বারগী

শিন্দুর লাইবক্তা পাক্কা নমই
শেমজিল্লি কফোটি
মনিঙথোঙদা থোরকই—
য়েংউ বাহাদুর নীংথিনা লোল্লু থোঙহু
নোং চুবা অহীংনি
খঙঙু হূরানবা ঙাক্তনি লম অসি
মখূৎ য়েৎনা শো লোল্লি
ওইনা অমুক চিংদুনা য়েংই
লেপ্পা লৈতনা হৈথরকলি
লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং।
মীগী খোজেন তারকই খঙহৌদনা
মহৈ মহৈ লাউনরকই
ঈশিং নমখায়রে
তুরেন নমখায়রে কেক্রুপাৎ কায়রে —
মায়গৈ খঙদনা চেএরকই —
ঈনক নকনা ঈশিং য়োরকলে
মহাজনগী গুদাম মন্নুংদা
ঈশিংনা লংখরে খ্বাইরবন্দ বাজার
ঈচেন নাইনা চেনখরে
বাজারগী লখী গলি খঙখিদরে
অচৌবা ঈপাক ওইখরে
তাউথরকলে বোরা বোরা ময়োম ময়োম
তাউথরকলে লায়রবগী ফদি ফরা
তাউথরকলে মতুম মতুম অমোৎপা অমাংবা
মহাজনগী ধ্পাকী কদ্বীসু মতুগী মরক্তা
লেপ্পা লৈতনা হৈথরকলি অমুক্কসু
লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং।

# আফ্রিকাগী ৱাখন্দগী

নহাক্কী অপঙবা ৱাখন্দগী
নহাক্কী অশাঙবদগী
কাপথোকখিবা গুলিনা
চাকথেকখি ঐহাক
অকংবা উনা ওইনা কেনখি
তিনখি ঐহাক লৈপাক্তা কেমত্নুনা উফুন মরক্তা
অত্নুবু চঙখি অনৌবা উপালদা
ওইরকই অমুক অশংবা উনা
ঐহাক
চাকখি মৈগী গুলিনা থবাক্তা
হাইথখি লৈমায়থক্তা
লমখুন্নগুম ওনখি ঐহাক
আতিয়াগী চেল্লানা পুখি ঐহাক্কী থৱায়
আফ্রিকাগী সাহারা নাইজেরীয়া
আরবকী লৈঙোয়লমদা
ভিয়েট্নাম ফরাসি ইন্দোচিনা
কোরিয়া শীন্না
অনৌবা পাঙ্গন পোকখি ঐহাক্কী
অনৌবা থৱায় অনৌবা হকচাং
ঐহাক
হিটলরগী বুটনা নেৎখ্রবা ঐগী হকচাং
তকথায়খ্রবা নাতসিগী তেঙ্কনা ত্রেক্করনা

তাহংগ্রবা কনসেন্ত্রেসন কেম্পতা
থুদেকগ্রবা কেমগ্রবা ঐগী শরূ!
হৌগংলকই অতুবু ঐহাক
মীওইবগী মীনুংশিতগী মতেংনা
মরূপ
অনৌবা নুমীৎকী মঙানবু খনজিল্লিবা নহাক্লা
নহাক্কী নমথীরবা অপুন্বা সভ্যতা
মতমগা চানদ্রবা
মতমগী ঈচেনগা তিন্নদ্রবা।
য়েংলিবনি ঐহাক
অৱাংবা চীংগী চাংদোন্দগী
ঙাইহিরিবনি অমম্বা লৈচিন্না মাঙখিবা
নহাক্কী থম্মোয়দগী।

## হূরানবা মচা

হূরানবা মচা অমথক
হূরানবা তরুকনা ফারকই
হূরানবা মচা অতু মথ্বায় থায়
হূরানবা কুন্থ্রাতরুক্লা নেংলগা
হূরানবা নীকুনা শেংপদা

# এলাংবম নীলকান্ত (১৯২৭- )

## মণিপুর

রথযাত্রা সুমীৎকী সুংথিলদা
কংশি, মাঙগং, পুংগী মখোলগা লোয়ননা
"জয় জগন্নাথ" "জয় জগন্নাথ"
নিল্লি মায়কৈ 'পুম্বা মণিপুরগী।
অদুবু মণিপুরগী অতিয়াদদি
অমকপা, য়েংথিনবা থম্মোয়দগী থোরকপা
লোইবা নাইদ্রবা চৈনবা খোল্লাউ
অমুবা অরঙবা প্রোপগণ্ডা
কংগ্রেস, সোস্থলিষ্ট, কম্যুনিষ্ট, প্রজাশান্তি
হিংসা, অহিংসা, রাজসিংহাসন।
"কদোমদনো লম্বেনসিবু—
চীনগা খুংকা মান্নদবা,
লমথুংফমগা লম্বেনগা শম্নদবা,
ফিদমদগী মীশক্লা লুবা?"
হংলি নহাক্তি ইমা মৈতৈলৈমা।

মজাইবেমা   মমোম লাংলেন থোইবীনা শাথোবা
কাক্তাগী মুংশিং নামিবা
নিংভোলবু মৌগী শীংদা চলহনবা
লাই হরাওবগী জগোয়—
থেক-থেক নোগ-নো হাইনা ছুম্ম শা-থেকপা
শুম্মৎপা বাঁশিগী সুরদা,
অঙকপা পুংলোন্দা জগ্গৎপু কাউহনা
ঐখোয়না য়েংজবা মৈতৈগী জগোয় রাস
নীংশিংলিবরা ইমা মণিপুর ?
নচাশিংদি য়েংলি ; অহুবু কাউরে !
হৌজিক্তি রুদ্রগী তাণ্ডব জগোয়
পৃথ্বী থক-খা ওলহনবা নটরাজ শিবগী
প্রলয় ঈঙ্গিৎ লৈপাক লৈমা চেকখায়দৌরে
লাঞ্জদ্রবী, পুন্সীচুপ্পা রাজরবী
সতী সীতা অচুম্বদি চঙখিগদৌরে
চঙথ্রবরনে ইমা মহাত্মা গান্ধীগা লোয়নননা ?
আঃ ইমা নঙনদি য়েংজগে হোংনবা শারি—
অচুম্বগী মঙাল, ধর্ম্মগী মৈত্রী,
থম্মোয়গী শেংলবা আতিয়া
তারেদনা নহাকম্বু উরেদনা
এটোম বোমগী মখোল, অয়াকপা, অকিবা,
মৈত্রীক-মৈখু অমুবা চীংমুক রাংবা
রাশিয়াদা 'জার' নিংথৌনা নৈব-ওৎপা ঈ চুপ্পা
বন্দী বনবাস মী লৌশিং কয়াবু মতুংদা কম্যুনিজম
ষ্টেলিন !!
শেংলবা নুংথিলদা নীংঙাইদনা খোংলিবা
লমহুইগী কাংবু এশিয়া অমম্মুং আফ্রিকাগী

আতিয়াদা পাইরিবা লংজাগী শঙ্গু
পাইবা শাইনে ফীরাল ইউ, এন, ও দা
"হাফমাষ্ট" গান্ধীজীনা নোঙ্গাখিবদদি
অরাবা ফোংদোকই মখোয়না—
মীওইবা জাতিগী অমাংবা অমা!
অত্তুবু ইমা নহাক্তি
হুন্দোক্লমলে হিদেনতাকম অত্তুদা হিংসাগী
স্বার্থগী, পার্টি পোলিটিক্সগী
শকুন্তলাগী নীংশিং খুদোপ
নহাকপু কাউরে, নচাশিংনা হৌজিক্তি
নহাকপু ইমা মৈতৈ লৈমা।
থিরখিনি নচাশিংনা নোংমদি
শীন্থরকপা পিগা লোয়নননা
অনুতাপ্পা চারুবা ডুষ্যন্ত!
মতম্'ত্তুদা নহাক্তি কদাইদা
কদাইদা ইমা, কদাইদা?

## মারবা জগৎ

লেপখ্রে ঐহাক্কী কবিতাগী ঈশৈ,
অহাংবা আতিয়াদা শারদ্রে জগোয়—
তৎখ্রে তারস্থু নুংশিরবা বীণাগী।
মাঙ্খ্রে, সুরস্থু খোঞ্জেলগী মাংমদা।
অচীকপা লমদা ফম্লিবা কবি,
খোংলম্থু নহাক্কী নুংশিবা বাঁশী।

মায়গৈ মরিদা প্রলয়গী মৈরী,
অকিবা ফংলবা শিবগী তাণ্ডব,
ৱারবা মীওইবগী শরূগী মূর্ত্তি—
য়েংঙুনে কবি, য়েংঙুনে তপ্পা
খোংঙো নোং, চুরো ঝম ঝম,
শীৎলু নুংশিৎ উ উ লাউনা!
শীনখ্রেনে আতিয়া অমম্বা মৈখূনা
লৈখিদ্রে সংসারদা অচুম্বা মঙাল।

## লম্মাঙনবা

"In this immensity my thought sinks drowned,
And sweet it seems to shipwreck in this Sea"
—*Leopa'do*

সভ্যতাগী থিংঙমদ্রবা খোঙচৎ অসিদা
ঐখোয়না ৱাংলবা চীংজাউ কয়া লাম্থোক্লুনা
নীংথিজরবা তম্পাক অসি ফংজরে
হকচাংমখৈদি পোখাজরে, অহুবু থম্মোয়দি
মীৎয়েংদি?
মীওইবা জাতিগী চাওখৎপগী ঈপাক মথক্তা তাউহুনা
কদোমদনো ঐখোয়গী পীক্লবা হিসি?
মীওইবা সভ্যতাগী নোংলৈ নুংশিত্তা
নৌরবা ময়োলসি খাঙজরিদো হাইনা হুম্না।
তাখি ঐখোয়না খেঙলবা অহীংদা
নুংশিবা নৌরবা সুরগী ঈচেল

দীন হীন ভাগ্যচন্দ্র

অত্থগা ঐখোয়না তাখি অমস্থু
তাখি অমস্থু
কদোমদনো কদাইদনো করম্বনো?
ঐখোয়না তাখি ঐখোয়না তাখি।
ঙরাং হুমিদাংব্রাইরমদা অসিদা লাক্লম্বা সাধুবাবাহুনা
ঐখোয়দা করি হায়রম্বগে?
কনানো য়াচঙবদা ফীভোনা খুমহুনা খঙহৌদনা মাঙখিবহুবু
লাঙগোল লুখোই।
করম্বা হিদেন তাফমদনো হোঞ্জিল্লসিনে ঐখোয়গী হিসি
অৱাং চাউখোং হিদেন্দা?
নত্তে নত্তে অতোপ্পা হিদেন্দা
অতোপ্পা হিদেন্দা
আঃ করিগীনোনে চাউখোং হিদেন্দা মহায়বসিবো?
কদাইদনো মরাইবক থীরবী মণিপুর—
মেলৈ লৈম্না হুংজুম্পান কদাম্বদি লৈন্নুংশি!
কদাইদনোনে নহাক্কী ঈশৈগী মন্দির?
কদাইদনো থারুগদবা নহাক্কী লুম্লবা পোৎয়োম
কদাইদনো হেক্লুগদবা নহাক্কী শমজিগী লৈহাউ
কদাইদনো শাৎহনগদবা নহাক্কী থম্মোয়গী লৈরাং
আশাগী লৈরাং ৱাখলগী লৈরাং পূম্নমক্কা য়েংবীদ্রবা
নহাক্কী পুন্সীগী লৈরাং?
য়েংউ লাঈরবা! যজ্ঞগী মৈরীদি চাক্লেসে
চাক্লেসে চাক্লেসে অঙকপা ফংনা আতিয়া তম্না
কাম্মৈ দেবায়?
করম্বা লাইদনো? হৌদোকমিন্নরকপা মৈহৌৱোনগী
লাইদরা? থম্মোয় পীবীরকপা হিন্দুগী লাইদরা?

পোথাবা ফংদ্রবা মতমগী লাইদরা? মাঙখুম য়াওরিবা
ভবিষংকী লাইদরা? করম্বা লাইদনো?
লৈজরেনে ঐখোয়গীদি—ঐখোয়গী আশাদা
অনৌবা ময়োল হকচাংদা অঙকপা শক্তি, রাখলদা
থিংঙমদ্রবা ঈচেল, থম্মোয়দা নৌরবা লৈরাং
অদুবু করম্বা লাইদনো? করম্বা লাইদনো?
মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা থেঙলবা অহীংসিদা
অমুকসু সুম্হৎপা বাঁশীগী সুর
ওন্থোকপনিদকো থম্মোয়বু হূরিবা ব্রজগী মধুকরশ্যাম
করম্বা লাইদনো?

## ঙসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা

ঙসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা
নীংথিবী! নহাক্তি জগোয় শারি—
শুম্হৎপা শাথেক্তা মোমোন নোক্লি
নহাক্কী মীৎচিগী তেন্না
এতোম বোম পোকখায়বগী মৈখুগুম্না
কুপশিল্লক্লি ঐহাক্কী মীৎয়েংগী জগং।
অদুবু নহাকসি
কয়াদা থাপথ্রবা!
হোংচিল্লি ঐহাক্কী থম্মোয়সু
কামগী ময়াই কারবা ছন্দসু
থোরমদাই জীপকী ইঞ্জিন মখোলগুম্না।
অদুবু নহাকসি

কয়াদা থাপগ্রবা!
ওইরে পুন্সীসি লেপফম খঙদবা
চীংশিন্নবা অমম্মুং থাপতোক্লবগী শক্তিগী লামফমদা
থেংগায়নরি মীকুপ খূদিং
কৌরব পণ্ডবকী তেংগোলগুম্না
কাওগা খম্বগা নম্নবগুম্না
চঙলক্লবোই নীংলুই ফজবা অপাম্বা কয়া
মনীং তম্না তপথবা লৈতনা।
খল্লকই ওইরেদনা ধন্য ঐহাক্কী পুন্সীসি
ফংলগা পূম্নমক অসি পুন্সীদা।
অতুবু ৱাখল অসি মায়ানি—
পাইরম্বদগী চপলেপখিবা উচেক্কী শাখপকুম্না
লম্মৈ চাকগ্রবা উমংগী মশামরেং চাকথোকগ্রবা
তরক তরক লেপ্পা য়ুংলিবা কাহৎলবা উপালগুম্না
পূম্নমক অসি লেঙদে—চপলেপই
নাইতোম লৈরি, ৱারী শানদে।
অতুবু অঙকপা মায়াগী থৌরী লীচিংদা
ঐবু পুশিল্লি তত্তনা ফজবগী লাংদা
থৌজিল্লি ঐগী থম্মোয়বু তপথবা লৈতনা
মাঙদা উরিবা ফজবীগী নাক্তা।
অতুবু অসিমসু মায়ানি মঙগী মশক্নি—
খোঙফম অমা থাংজিন্দে তশেংবদি
চাকা ফুকঙমদ্রবা কর্ণগী দোলায়গুম্না।
অতুবু নীংথিবী! নহাক্তি জগোয় শারি
কৌশিল্লি খূৎলাম তোয়না
ঐহাকসু য়েংলি নহাকপু মীৎকুপ্তনা
অপাম্বগী তপথদ্রবা সিটি বসকী ইঞ্জিন মখোন্দা

নহাক্কি জগোয় শারি - জগোয় শারি।
হৌজিক্তি ওইরে পুন্সী অসে
লৈই অনীগী কল্লফম - অপাম্বগী অমস্সুং লাপথোক্লবগী
চিংশিনবগী অমস্সুং থকক্তোকপগী
ওইরে মতম পুম্বদা অথাপ্পা
নাইতোম নাইতোমগী জগৎ
মাঙগ্রে অনকপা অমতা ওইবা মতমগী সজ্যতাদা
ওইরে মতম পুম্বদা অরাপ্পা অহাঙবা॥
ঙসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা
নীংথিবী! নহাক্কি শারি জগোয়
অদুবু নহাকী মীনোক অমস্সুং ঐহাকী লাঙতক্লগী মরক্তা
লৈরি অহাঙবা
নহাক্কী শাথেক অমস্সুং ঐহাকী খাঙঙমদ্রবা কামগী শাফুরক্তা
লৈরি অহাঙবা
ফুজিল্লকই নহাক্লা ঐ তম্না ঐহাকস্সু হোৎচিল্লি
অদুবু লৈরি অহাঙবা
ওইরে পুন্সীসি জগোয় রাসকী খুৎথেক শাথেক
অয়েংববু চিংশিনবা অমশুং থাপতোকহনবা
কৌস্সু কৌশিনবা অমুকম্ম তাম্থোকপা
ওক্তবী নুপীগী কংলবা মীনোক্লুম্না।
ঙসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা
নীংথিবী! নহাক্কি জগোয় শারি—
অদুবু ওইরে পুন্সীসি অহাঙবা
অহাঙবগী অহাঙবা ঙাক্তা
মীৎতাঙবা লোম্থোক্তবা অনী লেপমিন্নবদৌনা।
মাঙগ্রে লম্বী নক্লবগী অমতা ওইবগী
থম্মোয়্নগা থম্মোয়গা তিন্নবগী

খুংশয়ত্না ঙাওনা থাবল চোংবীগী।
হৌজিক্তি উরে অহাঙবা ঙাক্তা
থাগ্নবনা কুপশিনখ্রে পুন্সী অসি
দ্বীপ কয়া কয়া থোকখ্রে তিগ্নবা লৈত্রবগী
শক খঙনদবগী থম্মোয়গা থম্মোয়গা তিন্নদবগী ॥
অতুবু নীংথিবী! নহাক্তি শারি জগোয়
ঙসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা।

# কাঙজম পদ্মকুমার (১৯৩৪-)

## তাইবঙপান

হে লম্বীচৎপা মরূপ।
মীৎচীনা নমি য়েংবদি
করি খনবগে ?
অদুগা,
ঐনা হাইফেৎ করিগী নোকনীংলুরি
নঙগী নতো য়েংলগা ?
খঙলে,
ঐস্নু ইমি য়েংবা
নঙস্নু।
নঙস্নু হৃরানবা
ঐস্নু।
ঐনা ঐবু খঙদবনা,
ঐনা নঙবু নোক্নবা
নঙনা নঙবু খঙদবনা,
নঙনা ঐবু নোক্নবা।

স্নেংঙ্ ।

অঙাওবীনা অঙাওবীবু অঙাওবী হায়না চৈরি ।

হুরানবীনা হূরানবীবু হূরানবী হায়না নোক্করি ।

ঐনা ঐবু খঙদবনা

নঙনা নঙবু খঙদবনা

মহৈ মহৈ নোক্কহুনা

লেল্লি পুন্সী খঙহৌদনা ।

# রাজকুমার মধুবীর (১৯৪৬-)

**মমশিল্লকপা ঙাইবা**

হুমীৎ থোরক্কনি—তাখিনি
থাম্নু থোরক্কনি—তাখিনি
অস্মুক কুইরবা মতমসি
ঐনা ফমলি—
মাগী নুংগী ফাল অসিদা ;
তারি নঙগী হ্নারী মখল মথেল শুরবা
তিন্নৌ য়াদ্রবা মচু কয়া কয়া
অহৈবা লাইয়েকপনা ফজনা উংপগুম
মাগী কল্পনাগী চিত্রদা ;
নঙনা লীরি ঐঙোন্দা
নাপ চাদ্রবা ; শৌবিং শৌবিংলবা
অকীবনা থল্লবা, হুংঙাইরবা হ্নারী কয়া ।

মতুনা রাজনীতিগী মরমনি
লৈবাক লৈবাক্কী এসেমব্লীগী

চুম্মী চুম্মী অমুক কায়, অমুক শেম্মী
অমুক কায়, অমুক শেম্মী
এসেমব্লী হায়ববু মসিনি
য়ানদ্রগা হেক্তা থুগায়গনি
কায়রগা অমুক হেক্তা শেমগৎকনি
কায়থ্রবা মচেৎ মচেৎশিংহ্না
হন্না। হন্না। হন্না!
কুইক ফিক্কনা নপ্লগুম মিংশেল মচেৎ মচেৎ
সিনি রাজনীতি হায়ববু।

পঙমল্লিদা তৎলসনু—
শেল চাবা হৈতবা অচৌবা
চরা হেন্দুনা কংশি শিসনু
মাগী মতূ মাগী মচা পূম্নবক
চরা হেন্দুনা কংশি শিসনু।

অস! ওন্থোক্লা কন্না থৌখ্রেদা গাড়ীসে
মী অস্নুক চিনখ্রবা লম্মেলসিদবু
ঙাওরব্রা কৈনো।

অহুদগী করি থোকখ্রবা
মচল অহুনা থৌরী য়ানখ্রবা তুংদা
প্রোফেসারদো ?
ও! ঙাওরবা!
অঙাংহুদি পোক্লমদ্রে হায়বা নত্রা ?
ফৈ, ফৈ।

করি! হীপমিন্নৈ হায়বা মখোয়নি?
চরোদা, নাপ-চাদকা
মমাতুনবু য়ারমগদ্রনে
তৌবগীবুদি মমাতু শাইকোলোজীগী প্রোফেসারনি
অতুগা মচাতুসু শাইকোলোজীগী ছাত্রনি
শাগা-মীগা চপ মান্নে
মসিনি মখোয়গী থিওরি
শাগা মীগা; শাগা-মীগা।

লৈত্রবরা ঙসায়গী চুরূপ্পুবো
ওন্থোক্লা থুনা লোইখ্রেদা
ঐদি ইথকপু থকহোঁদে।
পৈশাবুদি য়াওরিয়ে ঐঙোন্দা
অতুবু কনানা লৈরুগনি, আ-তান্না?
নঙনা চৎলে, কনানা ন্নারী লীগনি—
ঐনা চৎলে, কনানা ন্নারী তাগনি?
পৈশাবুদি য়াওরিয়ে ঐঙোন্দা।

থাওনা থিনবগী ন্নারীতুদি তানীংদেদা
মীবু থাওনা থিনবা চঙদে হায়ব্রনে?
মীবু থাওনা থিনবা হৈতে হায়ব্রনে?
হাৎপা য়াবা য়াম্না লৈরে
হাৎপা য়াবা মী ন্নাম্না লৈরে
অমনীতবু ঙায়রি মখোয়গী মরক্তগী
শিরিবদি
অমনীতবু ঙায়রি।

চঙলগেরা ?
ঙল্লিদা, ব্বারী খরা লীখো
ব্বারবরো ?

করে,
মীকৃপ খরদং পোথাখিসি
অহুদগীদি মমশিল্লক্লনি
শুপ্পা গ্লাস অমমমতং ওইরবস্থ
ঐখোয়নি পৃন্না থকমিন্নখিসি
ঐদি হৈনরে,
থক্রবদি খাঙমত্রে নোংমগী অমুক্তং
মীকৃপ্তু ঐ মুতিগী ভাই
মফম অসিদা, নত্রগা অমদা।

করিগী থক্লিবনো মহুদি ঐঙোন্দা হংলকনু
তানীংদবা কয়া তায়; হৈনদবা কয়া হৈনৈ
উনীংদবা কয়া উই; খঙনীংদবা কয়া খঙই
অহুতস্থ নত্তনা—
য়াক্লবা আইন কয়া কয়া
ঐনা ইল্লি, পোৎপু লাক্লবা ষণগুম
পূন্নমকসে য়াম্না খাঙবা ব্বায়
তাইবঙসিদা, ঙসি ঐগী পুন্সীসে
অহুবু হিংলি ঐনা য়াম্না মুংঙাইবা শাহুনা
হিংলি ঐস্থ মুংঙাইবা মানবা মরকসিদা।

মীগী ব্বাদি ঐঙোন্দা হংঙকনু
ঐগী খনবদা মখোয়গা মরী কক্লবনি

মীকুপ অমতবু খল্লুদে
ঐহাক মখোয়গা লৈমিন্নরি হায়বা
মখোয়না ছিংবগী খোঞ্জেল অমত্তা
ঐগী নাকোংনা তাদে, করিগুম্বদা
ঐ ইশামক কাউই হিংলি হায়বা, করিগুম্বদা।

ফত্তে খঙই অত্থবু মুংঙাই
মসি থক্লগা মীকুপ খরদং
কাউই অল্লা-অনা খিবিক
ওইরবস্থু শুপ্নগী মীকুপ খরদং
চম্মমনবা তাইবঙসিদা ঐনা পঙথৈ,
পোত্থাবা ঙমদ্রবা পুন্সীসিদা পোত্থাই ঐনা
মীকুপ খরদং
শুপ্নগী।

## অমম্বদা য়েংউ

অমম্বদা য়েংউ
নতোমতা ফমত্থনা
শুক্লা মল্লবা অহীংদা
য়েংউ, য়াম্না কুপ্না
সোয়দনা নঙনা উগনি
চাউরবা লৈকোল অমা, হোরাইজন য়োনা শন্দোকখ্রিবা
লৈচু থূদিংগী লৈরাং ময়াম উগনি
জগোয় শাথেক্লরিবা, ঙাওরবা মকোকশিং হাইত্থনা

তাম্থা কায়দনা মেওলবা মালওমী ঈপোমণী
শুকশোয় শোয়দনা নঙনা উগনি
করিগুম্বা নঙনা ওইরবদি—প্রকৃতিগী পূজারী।

অমম্বদা য়েংউ
উগনি নঙনা শোয়দনা, চেল্লিবা ক্রাইষ্টনা পাখংনা
উগনি চেনবগুম মায়থীরবা লানফমদগী লাম্মীনা
উগনি চেল্লিবা ক্রাইষ্টনা পাখংনা
মশাবু কঞ্জনবা ক্রুশিফিকশন্দগী ;
অমসুং কৃষ্ণ - শিতুনা তারিবা উগনি
মশীং নাইদনা হয়িংনা য়োমহুনা
রেলরে-প্লেটফোর্মদা, তাবগুম কনা লৈত্রবা চাক্লিবগী হকচাংনা
শুকশোয় শোয়দনা নঙনা উগনি
করিগুম্বা নঙনা ওইরবদি—নাস্তিক অমা।

য়াম্না কৃপ্পা য়েংউ
শুক্রা মম্লবা অহীংহুদা
শোয়দনা নঙনা উগনি মীকুপ্তা কার লীশিং লীশিংনা
হঙ্গৎ-হন্দা, হঙ্গৎ-হন্দা চেল্লিবদো
অমসুং নঙনা তাগনি য়ারী শাবদো মীয়াম্না
কাঙবু কাঙবু নোক-খেহুনা
মিংশেলগুম মি তানা নাল্লবা লম্বেল থক্তা, মেট্রোপোলিসকী
চুম্মী, চুম্মী নঙ খোঙথাং অমা মাঙদা থাঙঙম্মলোই
উবদা নুপীশিংদো—মফি শেৎপোই-শেক্তবোই
কেবরেত্তা, বাইজনতিনেস্ক হোটেলশিংগী
শারিবা জগোয় জাজগী যন্ত্র তু ইম্না

উম, নঙনা উগনি অহুগা নঙনা তাগনি
করিগুম্বা নঙনা তাউরবদি—মতমগী ঈরাংগী ঈপোমদা।

ঐনা উই, শাথিনা গুরুবা অহীংদা
মাঙ-তারুবা, চাউরবা সহর অমা
করিগুম্বা মখলগী জীব অমা লৈত্রবা
প্লস্তর নপ্পা ফরাংগী মচেৎ লীশিং লীশিং উই ঐনা
মপৈ মপৈ তারিবা মাঙদা, স্কাইস্ক্রেপরশিংদগী
মকোক্লা ঙরাংতা আতিয়াগী শংবানবরক্তা তিল্লম্বা
ঐনা উই ঙসি, ইমাঙদা উফুল্লক্তা তারিবা
মাঙ তারুবা, চাউরবা সহর অমা।

ঐনা উই ফেক্টরিশিং, অশিবগুম স্বর হোন্দ্রবা
ঐনা উই কোর্টশিং, উচি অমা চেন্দ্রবা
অমসুং উই পার্লিয়ামেন্ট-হাউস, তূমীৎ অমা পাইদ্রবা ;
তোইরবা মূর্ত্তিশিং ; লৈকুপ তারবা ফুরাশিং
উই ঙম্নমক ঐনা ঐগী মাঙদা শন্দোকখ্রিবা
পাক্লা, লৈঙোইগী সাগরগুম
ঐগী মাঙদা শন্দোকখ্রিবা
পাক্লা, লৈঙোইগী সাগরগুম
উই ঙম্নমক, অমত্তা চিংখদা
শাথিনা গুরু-মম্লবা অহীংদা
উই ঙম্নমক, অমত্তা চিংখদা।

# নোংথোম্বম শ্রীবীরেন (১৯৪৬-)

## চাফদ্রবা লাইগী য়েন

কেকেকে কে
মোমো মোমো
য়াংগেন শম্বা শ্যাউ শ্যাউ
লাইগী য়েন্নি চাফদে।

সহর ময়ায়গী
লাঙলবা হোটেল অমগী
মম্লবা কাচিন অমদা ফমলিবা
মশক্ মচু মাঙশ্লবা
লাইগী চাফদ্রবা য়েন অমনা
চাউরবা পৃথিবী অসিদা
মশাগী মফম অমতং থমজনীংঙি ;
ময়েক শেংনা
পৃথিবীদা তাকনীংঙি মশাগী মশক।

থম্নরকই :
ঐবু ঐ ওইরিব্রা
ঐবু ঐ ওইরিব্রা ?

চাগে থক্কে পীয়ু হায়বগী
অমগা অমগা ম্নারী শানবগী
চমন্নবা লৌফম খঙদনা লাওলবা মরক্তুদা
চাফদ্রবা লাইগী য়েন অতুনা
স্বর তৎপমখৈ হৌনা খোংলকই:
ঐদি ঐ ওইজগে
ঐদি ঐ ওইজগে।
ঐ হিংদ্রে
ঐবু হিংহল্লু
ঐবু হিংহল্লু।
ঐ নীংতম্না অমুক্তা হিংজগে।
ঐ নীংতমদ্রে
ঐ নীংতমদ্রে;
ঐ নীংতমজগে
ঐ নীংতমজগে
ঐ নীংতমজগে।

হোটেলদা চারম থক্লম্লিবা
সহরমচাশিংদো
ইঙক্ ঙক্লা য়েংনরকই মাঙোন্দা।
অতুদগী কৈস্সু তৌখিদবগুম
মহৈ মহৈ হান্নগী মানা মানা তৌনরম্বহুদা
হঞ্জিনথি; কনাস্সু নাচুংখিদে।
কৈস্সু হায়খিদবগা চপ্ মান্নে।

ময়াম্না থৌ-ন্না শাদবহু উরগা
নাইতোম তানা

মতোমতা ঙায়রে হায়না
মশা মতোমতদা মশামক হঞ্জিনজৈ।
খন্থরুরগা হীক্লা হীক্লা কল্লম্মী।
চাফদ্রবা লাইগী য়েন অহু
হীক্লা হীক্লা কল্লম্মী।
হৌনা অমুক্কা খোংলকই:
ঐ মী ওইদ্রে
ঐ মী ওইদ্রে:
ঐ মী অমুক্তা ওইজগে
ঐ মী ওইজগে। ঐ মী ওইজগে।

কনাসু হন্না ফাওবা য়েংবিরক্তে মাঙোন্দা
হন্দমুক্তি। মানা মানা তৌরিবহু অহুম তৌহুনা লৈরম্মী।

মুংজেং পৃথ্রিগী লিনজাউনা
মমৈ ময়া চীক্কুনা তূমিন্না লৈখি।

ঐনা হংখি:
কৈদৌনরিবনো মখোয়গীসিবো?
হৌজিক্ খোংখ্রিহু
কনাসু তাবিদজাংলা?

মমৈ ময়া চীক্লিবা লিনজাউদো
খজিক্তা ফাওবা মচী লেঙদে।

## তাংখুল হুই

অনৌবা লম্বী শেম্বা লাকই
নূংজাউ নূংজাউ হৈথরকই
কংকুক্ কিলা কিলা পৈরৈ ;
থোৎনা শাৎপী কোম্বীরৈ অমা
নূংজাউ ময়াম্না ননশিনখি।
লম্বী শেম্বনা হন্না ফাওবা য়েংবীদে
রোশর লাক্লগা মথক্তুম তকখি।
হাওরেক কারবা ড্রাইভরনা
মোংলবা ময়া উৎতুনা
অশিবা মীনোক্তা
থাক্লা থাক্লা নোকখি।
মনাক্তা কূন্লম্বা
তাংখুল হুইজাউ অমনা
হৌনা হৌনা তেংথাখি
থম্মোয় শোক্লা।

## মেম্বর

মহৌশাদগী লৈরক্লবা
মূর্ত্তিসে পাশিনলক্লে ;
অসুম অসুম

মমি শামিদা মঙায়রক্লে।
হৌজিক্তি য়াম্না পীকশনলক্লে
মুমীংকী মচেৎসিমদা
মহৌশাদগী কনলক্লিবা মফমসি।
খোঙফম. চেৎনা মীওইবনা লেপ্লম্বহ
নাম্থোকৃখিফাও য়ারি হৌজিক।
অস্থুম অস্থুম পীকশনলক্লে
অস্থুম অস্থুম পীকশনলক্লে।
ঐগী নূপী
ঐগী ইপুরোইবা
ঐগী ইপা
ঐগী ইমা
ঐগী ইচা
ঐগী ইরূপ
ঐ
ঐ
অচেৎপা কৈস্থু লৈতে
নোংমা নোংমগী মীতোপ ওইশিনলক্লে।
হৌজিক মীওইবা ওইবা তোকপা তারি
মেম্বর 'ওইবতা ঙম্নবা।
ঐস্থু মেম্বর ওইবতা
নঙস্থু মেম্বর ওইবতা
পূম্নমক্তা মেম্বর ওইবগী মরীতা
পূম্নমক নাগরিক ওইবতা।
মীওইবা।
আঃ নত্তে থম্মোয়গী
অধিকারগী অমস্থুং দায়িত্বগীতনি।

মহৌশা কনলক্লিবা
কা অসি
অস্থুম অস্থুম হাঙজিনলক্লে
অস্থুম অস্থুম হাঙজিনলক্লে।

## তোল্লবা শাহুগী ৱাখল

থূরবা মল্লবা শারংহুদা
মখোঙ মথূৎ লোইনা পুনশিনলবা
তোল্লবা শা অহুনা
নাইতোম ফমহুনা খল্লি:
পুন্সী হায়বসি শাথিনা তমথিরবা ফাগি অমনি
মরমদি
কৈগীনো
উচি অহুনা থোরক্লিবা
অৱাংহুকানগী
মীনা কূক কূক ইন্নরবা
কার, মোতোর, ত্রক
একাগারি রিক্সানা কূংনা চেল্লিবা মরক অহুদা
য়োৎ নাল থারবা খোঙউপ ফাওবা খাঙবা ঙমদ্রবদা,
কৈগীনো উচি অহুনা চেন্থোরকলিববু!
নাকন অমদগী চেন্থোরক্লগা
হনজিনবস্থু ঙমদ
লান্থোকপস্থু ঙমদ
কয়াদা ৱাখ্রবা!

মকোক অহু উরু উরু লৈন্না চাওখি।
কৈগীনো অহুক তমথিবা ফাগি অহু চৌরুন্নিবা
মান্ পীক থন্না হাপ্পা
লুম্লবা চাউরবা ত্রক শকথীবহুগী
কদ্রক কদ্রক লাউরবা
ময়া চৌরবা চাউরবা কাংখোঙহুনা
উচি অহুগী মথীবোং থোকপমখে
মখোন থোকপমখে
তকথায়থিবহু কৈগীনো ?
অহুক চাউরবা দণ্ডি অহুবু
কনানা মাঙোন্দা করিগী পীন্নিবনো ?
মাগী মমীৎ মচাহ্ মতমহুগী
ওঃ অন্নাবনি, অকিবনি।

অহুগা
পুন্সী হায়বসি থাজবা য়াদবনি
মরমদি
অহুক থোৎল থোৎলবা লৈনা পানবা
মমিং খঙদবা লৈ অহুনা
নুংগা বিলামাতিগা তোংনহুনা হৈন্নবা
কংলবা নুংচন্নবা ফক্লাংহুদা
থিন্দোক্লুনা শাৎলিবহু করিগীনো ?
মসিবু কনানা থাজগদৌন্নিবনো ?
অহুগা
অহীং অহুদা
ন্নাহৈ অমথক্তগীদমক
অহুক ঈং তপ্পবী লৈশাবীহুনা

মশাদা পকপা মফি পুম্বা
লোইনা লৌথোকথিবন্থু কৈগীনো ?

ঐনা হায়
ঐনা হায়রিবসিনা ফজৈ।
নঙনা হায়
নঙনা হায়বন্থুনা ফজৈ।
ফজবা হায়বসি ভাবনা শাবনি
অথীবা হায়বসি ভাবনা শাবনি।

কা অন্থু হেন্না মমশিনলকই
খোঞ্জেল অমতা তাদে
পুনলিবা য়োংলীন্থু হেন্না কনশিনলকই
নাইতোম হেন্না তাই।
খষ্টে অন্থুম :

পুন্সী অসি অরানবা অমনি
মরমদি
কৈগীনো ঐবু
থাদবিরমলিবা উমাইবী অন্থুনা
ফমসিদা ?
মফমসি পামব্রা পামদব্রা
ঐঙোন্দা অমুক্তসু হংবিরম্মুদনা।
কৈগীনো থাদবিরমলিবা ঐগী পুক্নীঙগী
ব্রা ইহং হংবিদনা মফমসিদা ?

ঐনা হায়
ঐনা চুম্মী। নঙনা হায়

মণ্ডনা চুম্মী।

অচুম্বা হায়বসি ভাবনা শাবনি
অরানবা হায়বসি ভাবনা শাবনি।
পুন্সীগী মমল ভাবনা লেপ্পনি।
অকক্লবা মমল লৈতবনি।
অচুম্বা হায়বসি অকক্লবা অরেপ্পা অমতা লৈতে।

কৈগীনোনে
থাদবিরমলিববু উমাইবী অহুনা
মফমসিদা ঐবু?

## দাবা

থক্লায়গী দ্রামাসিদা,
ঐনা হায়নীংবদি
কর্ণদস্তু পীবিয়ু
চাংয়েংজনবগী তঞ্জাহুদদি।
চংনবীসি চংনরক্লি অসুম্মক মহৌশাদগী;
নত্তে,—দ্রোণাচার্য্য, কৃপাচার্য্য হৌজিক্তি;
লৈতেংদে—নীংথিবা লুহূপ থাঙ-তা;
ফিজেং লৈতেংগী
অরংবা অথক্পা কয়ানা;
অতুবু নত্তে মখোয়গী মফমশিংহুদি হাঙবা
নখোয়স্তু লৈতেংলি স্যুট, তাই, কার
নপা নপুনা তানশিনলম্বা শেল-থুম;

অমদি
রানোম শেঙ্গা কয়ানা।

নঙনা করি অমুক পামলিবগে ?
হৌজিকপু ?
পৃথিবীসি লোইনা তুম্নসিন্থু
অছুগা শেম্লশি অমুক্ পূমনৌ নৌনা।

কনামতা য়াওদ্রবা আর্জ্জুনগা
কনামতা য়াওদ্রবা কর্ণগা
চাংয়েংনবগী খূৎলাই অনী থেংনবতুগী
পুন্সী অমা
নৌনা শাগৎশি। পূমনৌ নৌনা শেমগৎশি।
নখোয়না উই পুন্সীবু
শিরবা ওইনা, নত্রগা, পোক্ত্রিবা ওইনা।
ঐনা উই পুন্সীবু
হৌজিক্ হৌজিক্ হিংলিবা ওইনা।
নঙতগী ওইনা,
ঐতগী ওইনা,
মাতগী ওইনা।
থরায়গী লিলাদি
মচু কয়াগী অহিংবনি।
হৌজিক্না চেন্থরি
শান্নরি চেন্থরিবা ঈচেলগা ঈরোয়ননা
ফুরা, দলান, সিতিবস, ট্রক একাগারিগা লোয়ননা
মচুগী নৈরাংনা শাৎপদা
অয়ুক্কী লীক্লানা চোৎপদা

আশাগী খোইমুনা পাইবদা
নোংনা পাইবদা
লৈচিলগী লিলা মরক্তা
লেপ্পুবা খোঙচৎসি।
চাংয়েংনবসি লেপত্রি
কবিনা শাগৎপা নোংগী অমুবা শক্তম মরক্তা
সিনেমা হোল মমাঙগী মীনা কুক্ কুক্ ইন্নবদা
চেন্থরিবা পুন্সী ঈচেল মরুমদা।

হে কর্ণ
নঙদি নাইতোম তাবনি
লাইয়াম্না নঙবু মুংশিদে।
কর্ণ নঙদি
তাইবঙমীনি।
আর্জ্জুন্দি মীথীবোঙ মীতম্বান্নি।
খুৎলাই চাংয়েংনবদা
কর্ণদম্ম পীবিগদবনি
তঞ্জাহু য়াওজনবগী।

মীদি মীনি
লাইদি লাইনি।
য়েংশিন্নরে
য়েংশিন্নরে।
হো লৈবাক্ মচাশা।
মীগা লাইগা য়েংশিন্নরে।

থঙদে ঐ
নখোয়গী লাম লামহুনা পুরক্পা মরৈহু

ঐনা খঙবা হায়ববু
মীচঙ শঙ্গন লৈতবা পুন্সীহ্নি।

ঐগী দাবীদি
কর্ণস্থ হিংগদবনি।
মাবু মনীং তমহল্লু
মাবু মনীং তমহল্লু
মাবু মনীং তমহল্লু।

# সনখ্যা ইবোতোম্বী (১৯৪৬-)

## খুঙ্গঙ অমা

খুঙ্গঙ অমগী কাঙবু অমা।
কপ্পু কপ্পু কপ্পী।
নোকউ নোকউ নোকই।
করিগী কপ্লিবা কনাস্থু খঙদে
করিগী নোক্লিবা কনাস্থু খঙদে।

খুন্দারিবশিংদুগী
মী খরদা য়াউ মকোক পাল্লি।
য়াউ খরদা মী মকোক পাল্লি;
মেঃ মেঃ—ইমাঃ ইমাঃ
পূম্লিল নিল্লে মখোয়না লাঙবদা।

য়াউনা হায় ঐনা মীনী
মীনা হায় ঐনা য়াউনি।
য়াউগা মীগা রাইনবদা
লৈত্রক চৎলে খুঙ্গঙদো।

:

## অনৌবা খুংলবা জীব

সমুদ্র তরেংকী জ্ঞান খোমজিল্লগা
থরায় পানবা পুন্নমকী
নশানা নিংথৌ শেমজবা
হে মীওইবা
হৌজিক্তি কমদোরে থৌরী য়ান্দুনা শিজরেদো।

ফজবা ফজবা ওঃ মমীৎ তাঙত্রে উবা ঙমদ্রে
মুংশিবা অচুম্বা
চাকথেকখ্রে শরূ ময়ামগী মৈরীদা
ময়াই কাবগী লানফমদা।
পুন্নমক কৈস্নু য়াওদ্রবা
কৈস্নু য়াওদ্রবা মপুক হোত্রোং হোরবা হাল্লবা।

মীওইবা—লৈত্রে মিংসে তাইবঙসিদা
শিখ্রে মথল্লায় মখোয়গী।

উরিবসিদি কনানো অহুদি ?
শাদগীসু হেন্না শাথীবা জীবনি
হন্দকতা নৌনা থুংলবা।
মখোয়গী মমিং থোল্লক্কি।

## নীংখায়রবা মুর্ত্তি

ঙরাং অহীং মখোল অমা তায়
শেগাক কীন্থখিবগী
নাকোংদা নুংথংনা য়ৈশিনখি!
খা-রাং ফৈরেংননা চিংথেকখিবা
নীংখায়রকপগী খুৎচাউ অহুনা
য়ুহাহাবদা
কুইনা মন্দুনা লৈরক্লবা খ্বাইরমবন্দ বাজারগী
ভাগ্যচন্দ্রগী নুংগী মুর্ত্তি তুখিবনি।
রাজর্ষিগী চেক তেক্তুনা
লুহূপ কোন্নবা কোক
লৈমায়থক্তা কেল্লমই।

মী শঙ্গু শঙ্গু চৎখি
মায়গৈ কয়াদগী
মীৎয়েং চোইদে তথরুবা থম্মোয়গী
রেসন সোপ্তা
ঐগীনা হান্না ঐগীনা হান্না

মুংশাদা ফাইত্তো ফোরৈ।
চাদবনা তংলবা ফিজেংকী ইকাইবা নমহংলবা
মৈতৈ প্রজা
নীংথায়রবা মল্লবা কংলাগী
চ্যেকতেক চ্যেক্রুপনি তোইরবা থরায়গী।

অসোমদা
কনাসু হন্না য়েংলদে তুমীৎফাও তুবং পাইরদে
কেল্লবা মকোক
লৈমায় থক্তা তারমই।

অথাপ্পদা কাঞ্চিপুরগী কোন্নুং অমনবা
মুশূক মুশিন্না উরমই
লৈচিন অরাউবা মরক্তা।

## হয়িংখোংয়াম্বী

অমাংবনা থল্লবা প্যেলা অমদা তোংলতুনা
হয়িংখোংয়াম্বী অমনা খল্লি—
গোবিন্দদি উকংনা শাবনি
মাগী অশেম্বা মচুতনা
মাবু 'মা' ওইনা উহনবনি।
অহংগা মীশু।
বিজ্ঞানগী খোঙচৎনা 'গ্লোব'পু
মেচিন ওলহল্লবদা

ক্রোসতা য়াল্লিবা অতুম্বা নওবা
করিবু উৎলিবা ?
'অচুম্বা' হায়বসি চেগী লৈনি
ওরাং—অচুম্বগী রাহৈ অমখক্লা
পুন্সীগী নামৎপুম্বা ফংহনখিদে।
—অতুদগী অমোমত্তগী
অমাংবা মকুপ মকূপ তৈরবা মাশা শাগম অনীদা
তেথনা তোংলজুনা
মীৎকুপ অমত্তং পওথখি।
পৃথিবী খোঙচৎ লেপত্রে।
সৌরজগৎ
যজরবা থম্বাল চামনীপালদা শাৎকায়রকই।
—অতুদগী পওথরুবা হয়িংতু
মখা তানা খল্লকই—
মানি
যুগ কয়াসিগী লেপত্রবঃ রাহংগী পাউখুম
অসিনি—
নেশা পাল্লুবা মীংকুপ্তু পুন্সীনি।

## দষ্টবিন অমগী বারী

কোইলাস-ড্রম তংখায় অমগী মপোক্লা
ঐহাক
দষ্টবিন অমনি।
পৃথিবীবু কোকথোং নাত্নুনা

অপুম্বা কোকথোং—
ঐগী পুন্সী
মথীবোও লাওথ্র লাওথ্রবশিংগী
পান্ন কোদাং
য়ুগী অওবা ;
অশেপ্পা চরিত্র ময়াম
ফৈরেং তুরেংনা থেংগায়নবগী
অমাংবা
চেথী চেকুপ চেকুপ ;
অও। নোংমদি শোয়রোই
নোংমদি শোয়রোই—
ফাক লাউনা পোকথায়রকনি
ঐহাক্কী
থাওবা রারবা থবাকসে
শেং শেংথায়হনা।
নীংশিংলি
উরি—
ভ্রম তংথায় ঐগী থরদং ভায়রবস্মু
লৈবাক্তা
হৌরমই
ভোদ ভৌবী কবোকলৈগী চারা অমত্তংদস্মু ;
ইমৌৎসি পাঙথোকচহনা
য়েংজরমই সংসারবু মিতাজনা।
অহুবু—ও!
লৈপোম তম্নকলবদা নোংমা
ইথম্মোয়দা য়োংপাক্লা
শেগাক থায়থয়রক্লগা

লাক্ত্না ফুক্তোকখি।
করিদি লৈরুনি উপাই ?
শীঙ্খিবা পি
মরীক্তু
বিলামাতিগী লুংশা শারবা লৈমায়না
থ্রক কংহনখি। অহূদগীদি
মূশূক মুবা থনোয়নবা মীনায় নূপাহূনা
খাল্লা খাল্লা নোল্লগা
অমোৎপা মপৈ মপৈ
মপৈ মপৈ…।

## কাউন্তর

রাজেন ফ্যেসন সেন্তর

লৈবা য়োনবগী কারবারগী
সহরগী মীশিং পূল্লে
খুঙ্গংগীসু
কাঙবু কাঙবু পরেং পরেং লাকই
পরেং পরেং হনখি
কাউন্তরগা শকখঙনখি
থম্নখি থমদবা য়াদহূনা মরী ওইবগী মতৌ

হাররিবা মীশিংঙ্গী

রামত্রবদা লৈনৈ
পোষ্টেল ষ্টাম্প অমমম মশা মশাগী

অয়ুক খুংথিল মুখিদাং
লৈবা য়েনবগী কাব্বারগী

মীশিংতুনা নপশিল্লমই ষ্টাম্পগী মচেৎ মচেৎ
কাউন্তরতুগী মশা শীনবা থুংনা

অস্থুম্না চহী কয়া হৌখ্রে
জান্নুরারিদগী নবেম্বর অমস্থুং দিসেম্বর
দিসেম্বরদগী দিসেম্বর অমস্থুং দিসেম্বর

দিসেম্বরদগী দিসেম্বর অমস্থুং দিসেম্বর
অদুবু
পক্লমদে ষ্টাম্পগী মচেৎ অমত্তম্থু কাউন্তরতুগী মশাদা
ষ্টাম্পগী মচেৎ অমত্তম্থু কাউন্তরতুগী মশাদা

# য়ুমলেম্বম ইবোমচা (১৯৪৯-)

## লোনশিনগ্রবা থোঙ

সনাগী মাশা পানবা লাইগী মচাশিংনা
পাইরকখি মঙালগী আতিয়াদা
পুরক্লুনা কু অমা
নোংমদোন শন্না শাংলবা ;
থবানমিচাক লৈরাংগী চবুন চবুন
থীকথরম্মী কু অতুগী মথক্তা।

পাইরম্মী লাইগী মচাশিংহুনা
সনাগী পীক্রবা মাশাশিংহু খয়হুনা
শকখি ঈশৈ কপ্ল কপ্ল
"হো শন্দ্রেম্বী
থোরক্লো থোরক্লো
নহুম পোঙ্গেন শাবীগে
লাই খূবাক খূবীগে
হো শন্দ্রেম্বী

থোরক্লো থোরক্লো”

হৌগৎলকখি কু মন্নুংদগী ভগবান বুদ্ধ
মমীত্তা ঈ কারদুনা য়েংলকখি ঐঙোন্দা
ও! কয়াদা কিজখ্রবা
কৈ মকোক! কৈ মকোক!
কৈ মকোক পাল্লবা গৌতম বুদ্ধনা
অকিবা ফংনা ঙংলদুনা
শেগায় শেগায়দুনা চারকই লাইগী মচাশিংদুবু
অদুদগী
মাশা পাল্লবা কৈজাউ অদু
পাইরকখি ঐঙোন তম্না
ঐনা অকিবা ফংনা লাউরদুনা
চেনশিনজখি শুরুং অদুদা
ও! লিল! লিল!
লিল শঙ্গু শঙ্গু পাইশিল্লক্লম্মী ঐঙোন তম্না
উপাই লৈতনা
ঐনা পঙচেন্দা চেল্লি
খ্বাইরম্বন্দগী চিল্লবা মীরক্তা
থক্কৎলবা থবাকসি কোন্দুনা চেল্লিবৈ
য়াঙনা থৌজিল্লকই তেঙ্ক অদু
য়ুম অমদা চেনশিন্দুনা
ঐনা লাউজে, থোঙদা দঙ দঙ থীল্লদুনা
হো থোঙ অমুক্তা হাংঙো
থোঙ অমুক্তা হাংঙো
নাকোঙদা খোঙ্জেল খর তায়
ঐনা খঙ্জে

মনুংদা কনানো খরদি লৈ
থোঙ অসি শোয়দনা হাংদোরক্কনি
অত্থনা হন্ন হন্ন লাউজরম্মী
থোঙ অমুক্তা হাংঙো
থোঙ অমুক্তা হাংদোকপিয়ো
কিজবনা ঐগী খোঞ্জেল তনিক তনি৭ই
অত্থবু কনানসু তাবিখিদ্রে
থোঙ অদু অত্থম হাংদোরকখিদে

কা মনুংগী নিলবদি
অম্মম হেনগৎলকই অম্মম হেনগৎলকই
ঐগী থম্মোয় অসি
ও! ঐগী থম্মোয় অসি
মতং মতং তংখিবা শোয়দ্রে
শোয়দ্রে! শোয়দ্রে! কা অসি পোকখায়বা

হো থোঙ অমুক্তা হাংঙো
থোঙ অমুক্তা হাংদোকও… ॥

## মখোয়গী য়ুম

ইনক নক্কবা
খুনসিগী য়াংমদা
লৈরে শোরারেনগী মখোঙ
নোংখোঙ পরেং
অম্মুম্না খঙ্জত্থনা

নৈশাবী পাখংশিংহ্না
লাম্থোক্লম্মী খুন রাংমা
অদুবু
কদাই নোংখোঙ পরেংদি
নৈখ্রে অমুক
লাঙ্গোন চীংগী রাংমদা।
থোঙকাপ অমদগী খোঙকাপ অমা
নৈতঙ্গায় কয়া তিংখং কয়া
হুমীৎ হুংবগী হুংশা মায়ওম্নরহ্না
লাম্থোরকই
লাঙ্গোন চীং
কদাই নোংখোঙ পরেংদি
নোংমাইজীংগী রাংমদা
অদুদগীদি
অসুম চৎপা অসুম চৎপা
নোংখোঙ পরেং য়ৌনবা

হৌজিক্তি
হকচাংগী কয়াৎপুম্বা চোকথরে
নৈত্রে পাঙ্গল
অমুক হন্না চৎনবগী।

অদুদি হায়রগদ্রা
বিদায়,
বিদায় নোংখোঙ পরেং

সিগী মথংদদি করি
নোংমাইজীং লাম্থোক্লগা

শোয়দনা ফংলগদরা নোংখোঙ পরেং

লাকখিবনি
পুন্সীনা মমল ওইরহুনা
অহুবু
করিনো তৌগদবা
তাল্লুবগী কান্নবা লৈখিগদ্রা

লান্থোরক্লে নোংমাইজীং
কদাই নোংখোঙ পরেংদি
লৈখ্রে অমুক
মাঙদা শন্দোকখ্রিবা
লম্পাকসিগী ঙমখৈদা
ঙমখৈগা লেংগোন্নরহুনা
হৌজিক্তি
থাদোকপা তারে নীংজবা পুম্বা
সুংথিলগী ময়ায়চবূক্তগী
সুমীৎসু লাপ্পা চৎখরে
করিবু কান্নখিগনি
তান্নরুবগী নোংখোঙ পরেং
মমশিনখ্রবদা মাচ তুং অকোয়বা
উথিদ্রে নোংখোঙ পরেংসু
লৈররোই কনাগীসু থুংলুনবা য়ুম

খোঙ লোনশিনখ্রে
দলান পুন্নমক সহরগী
মুথৎখ্রে ষ্ট্রিট লাইট

অহুগা
দলানগী মতোনশিংদি
হেন্না হেন্না রাংখৎলক্লি
হেন্না হেন্না মমশিলহল্লহুনা
সহরগী ময়ায় চবূকপু
হৌজিক্তি
উখিদ্রে লম্বী অমত্তস্থু
অশিবগুম মমশিনখ্রহুনা

মৈঙালগী মরীক অমত্তস্থু থোরক্তে দলানশিংদগী
মঙাল ফংদ্রবা
সহরগী ময়ায়চবূকসিদা
লেপ্লি
লৈশাবী কয়া পাখং কয়া
কদাইদা চঙগদগে খঙদ্রহুনা

অহুগা মখোয়গী য়ুমদি
নোংখোঙ পরেংগী রাংমদা

## থিয়েটরগী রিপোর্ট

নহান,
উষা টকিজগী মমায়দা
মথায় য়াওদ্রবী হেলোয়হুনা
মফি মরোন মকম খওদনা

নখোয়বু করিমত্তা উশিত্তবমখৈ
লেপতুনা লৈহৌই
লৈবাক মমাঙদা।

মাধব অঙাওবনা
হুইসেন প্রিং প্রিং খোংলহনা
তিংখৎতুনা লাউহৌই—
সিভিলাইজেসন! সিভিলাইজেসন!

য়াম্না জ্ঞান তাবা
মকোক তাঙবা নহাহনা
চাবী তৎলবা মাগী ঘড়ীহু
পঙলৈদা লৈখংলক্ষ্মী।

থিয়েটর য়েংমিন্নবদা
মমীৎ নুংশিবী চনূরাহনা
ফল্লপ ফল্লপ য়েংখিবদো
হাই হাই চাকথেকখি
হাই হাই
চাকথেকখি
হায়খি কনানো খরনা—
করিগী পাখৎলিবনো
পাখৎকনু
পাখৎকনু

হীরোহনা হেক হৌবদগী
চাউরবা কাংশিহু
হুমাং তাবমখৈ য়ৈরক্লি

অদুবু
মখোন্দি থোরক্তে
শুকথোক থোরক্তে।
মহাক্না খঞ্জরিবদি
অমুক্তংদা ওইরবম্বু
দোঙ লাউবা মখোল অমনা
ভাবোক পুন্নমক্কী নাকোঙ চেকখায়হনগে
অসিনি।
অদুবু
তেং লাউবা
পীকপ্রবা মখোল অমফাও থোরক্ল্রবদুদা
নীংবা কায়না হংলকই—
সিবু করিগীনো সিবু করিগীনো

নহাক্লনা খুমখি—
ঐস্মু ঘড়ীগী চাবিসি
হেক হৌবদগী থারক্লি
অদুবু ঘড়ীসিদি
স্নুকচৎ চক্তে
স্নুকচৎ চক্তে।

## জগোয় জগোয়

বরিবু কান্নরিবগে
হৌজিকপু অমুক কপ্লুবগী
করিবু কান্নখিগদগে

নোক্লবা হোংনম্বগীস্থ
করি খৈন্নে
কপ্পা অতুগা কপ্তবা
নত্ত্রগা নোকপা
মসিদা করি য়াওরিবগে

ঙসিদি
ওইরে পৃথিবীসে
পীক্লবা বিন্দু অমথক
চোকথরবা খোঙচৎসিদা
মুমীৎ থা থরানমিচাকশিংগী
চহী কয়া যুগ কয়াগী
হোংবা নাইদ্রবা জগোয়গী পূংলোন সিদা
বরম্বা অনৌবা থূৎথেক্কী নত্ত্রগা খোঙথাংগী জগোয়নো
ঐখোয়না ঙসি শাগদবা
ঙসিদ ঐখোয় গোপীনি
মল্লবা থাশি অহীংগী
লৈতে কৃষ্ণ য়াওদে রাধারানি
লাকখিগদ্রা কৃষ্ণদো অমুক
য়োৎশিনগ্রবদা বকাস্থরনা
মায়থীগ্রবনি কংশগী মথুত্রা

খঙদে
করম্বা কৃষ্ণগী আশাদনো
ঐখোয়না ঙাইরিবা
তম্লবা জগোয়সি শার শারহুনা

ঙসিদি লৈত্রে কৃষ্ণ
লৈত্রে রাধারাণিসু
অতুগা
থাংলি খোঙথাংসিদি
চহী কয়া যুগ কয়াগী খোঙচৎসিদা

পন্থুংফম
পন্থুংফমগী রাদি হংলগনু
কদাইদনো—মালেম আতিয়াগী লংদাইফম
ঐখোয়গী খোঙচৎসিদা রাল-ক্লোক্কী মমায়দা
রাল-ক্লোক্কী মমায়দা
খুং অমনা লৈ লৈত্তুনা উঙলি
অতুদি করম্না হায়গনি অরোইবা রা অমা
মীৎ উইশিনবা অহীংগুম মমশিনগ্রবদা
কদোমদা য়েংলুগনি
পন্থুংফম
অতুবু
ঐখোয়দি গোপীনি অনৌবা ইফি হোংলবা
জগোয় শারি তান চাব-চাদবা
থুজিল্লবা পুংলোনসিদা
( পুংলোন্দি হোংদে )
কৃষ্ণ লৈতে
রাধা য়াওদে
লাঙতক্নদ্রে ঐখোয় কৃষ্ণগীদমক
থাংলি
থাংখিবা খোঙথাংতুদি তুরোই ঙামলোইননা
থেক্লি

থেকখিবা খুংথেক্ত তন্দে মান্দেননা
লৈত্রে ঐখোয়গী কৃষ্ণ
লৈত্রে ঐখোয়গী রাধা
খঙদে করিগী শারিবনো ঐখোয়না জগোয় অসি
করিবু কান্নরিবা মসিনা
রাহং কয়া
পাউখুম ফংদ্রবা রাহং কয়া
রাকৎ কয়া
তাবিনবা লৈত্রবা রাকৎ কয়া
অসিগুম্বা রাহং কয়া রাকৎ কয়ানা
ওইরে ঐখোয়গী পুন্সী
খঙদে কনাদবু রাকৎফম থোকপনো

রাহং রাহং
অতুগা কদাই পাউখুমদি
পাউখুমগীদমক
চোংথদত্রা ঐখোয়না যমুনাদা

চোংথদে ঐখোয় যমুনাদা
শারি
করিগীনো খঙদনা জগোয়
হোংবা নাইদ্রবা থায়নগী পুংলোনসিদা
চহী কয়া যুগ কয়াগী থোঙচংসিদা

# অরোইবা বা

তূম্নশি মরূপ তূম্নশি
ঙসিদি ঐখোয়
মুংঙাইনা তূমখুন তাল্লশি ;
হংলক্লগম্মু অমুক
"পুন্সী হায়ববু করিনো ?"
চৎলক্লে ঐখোয় লম্মেলসিদা হিংবগী
মমীংনা হেক মীৎকপ থোরকপদগী,
ঙসিদি অমুক লৈত্রে থরায়গী পাঙ্গল
খোঙ অসি অমুক থাংহনবগী !
তূম্নশি মরূপ মঙ মঙলশি
পুন্সী হায়ববু মঙনি
নত্তে লাল, নত্তে তাইবঙপান
লোইবা নাইদ্রবা মথোন চাম্মা চাম্মগী দলান্দা
লোইবা নাইদনা কাখংখিবনি
নত্রগা
নীংখায়রবা য়ুম্ফমদা নৌনা যাত্রা হুনবনি
লোইবা নাইদ্রবা অমগী
রাহংশিং অসিদি লোৎশিন্দুনা থম্মু
"করি কান্নরিবা হিংলগা
করি কান্নরিবা শিরগনা।"
পাউতাক অসি অচুম্বনি
"য়ু থকউ
গঙ্গা থকউ
কানি চাও"
করি কান্নরিবা

ৱারগা নত্রগা সুংঙাইরগা
সুংঙাইবা হায়ববু কদাইনো
সুংঙাইবা হায়ববু করিনো
থুং অমা
উরু উরু উংলি
হংগনু —
"মসিগী কান্নবা করিনো
মসিগী কান্নদবনা করিনো"
কান্নবা অমসুং কান্নদবা
করি খেন্নরিবগে
হো পুন্সী
য়ু থকউ
গঙ্গা থকউ
কানি চাও
কাউথোকউ তাইবঙ পুন্সা
মঙ মঙঙ্ সুংঙাইনা তুন্মু
হংগনু —
"করিগী পোক্লকলিবা ঐখোয়না
করিগী হিংগদৌরিবা ঐখোয়না"
হিংবা হায়বগা
শিবা হায়বগা
করিদা খেন্নরিবগে
হো পুন্সী
গঙ্গা থকউ
য়ু থকউ
কানি চাও
কাউথোকউ তাইবঙ পুন্সা

মুংঙাইনা তুম্মু মঙ মঙঙ্
মঙ হায়বগা
তাইবঙ হায়বগা
করিদা খেন্নরিবগে
হো পুন্সী
য়ু থকউ
গঙ্গা থকউ
কানি চাও॥

# ৱাহেঙবম রনজিৎ (১৯৪৯-)

## লম্বী

কাইনথঙদা
উন মতুম কয়া
ইকোক অসিদা নল্লবদা
নুমীৎপু কোকথোংনারবদা
লম্বেল অতু উরকই

ভেম্পাক লৈতুম অমা
শাম্না লংখিবতু নত্তে
নোংমৈমরু অমা
থাপ্পা কাপথোকখিবতু নত্তে
পাম্লিবসি
আ—ফাওবগী ঙমখৈ
ঙমখৈগী ঙমখৈ
ঙমখৈ পূম্নমক লাম্থোরকপনি
মরমদি

চুরূপকী মৈথু অহাঙবনা থকচিনখিবদা
ঈশিং খূজোক অমত্তং মরুভুমিনা চূপশিনখিবদা
করিগী থরায় অসি
যুহা হারুনি
করিগী হারুনি

ঐঙোন্দা সনা ওইরিবসি
লেপ্পা লৈত্রবা য়াঙনা চেনবা গাড়ীহূনি
ঐহাক ড্রাইভর ওইনীংই—
হোংদ্রবা নাকেন্থাগী পৃথিবীসিদগী
লেংদ্রবা বসন্তগী লমদমদা
ঐগী খোঙচংতা

## উকং

শিহৌবসি লাইবক ফরে
শিহৌবসি লাইবক ফরে
হেন্না শাথীবা
হেন্না তমথীবা
মীশি ঙাত্তনি
মতুংগী লম্বেলদদি
মতুংগী যুগতদি

## এন, জ্যোতিরিন্দ্র লুৱাঙ (১৯৪৯-)

### খৌরাংবা

ঐবু সনা তাঙবলহৌদা থাঙ্গৎলু;
নত্তে, থাঙ্গৎপিয়ু। থাঙ্গৎপিয়ু।

নীংথিবা সনা তাঙবলহৌদা ফয়্গা
(কাওথরক্কে নঙবু পাতালদা)
অদুগা ঐনা উইহৌনা ভূমগে
লুম্বু লুম্বু শাবা হুংশাসিদা
মীগী ঈনা পূক পীক থল্লবা কাও মপীগুম
নত্রগা, তাহোগে কাকফৈ মপীগুম
অরেম্বা চাবগী অওবনা পূমতৈ তৈরবা ঐ

য়েঙোই, পাঙ্গলচাউবা
নঙগী কোক্তা তোংলগা ঐ নঙবু অমুক্কং থোগে
(নঙবু খঙহন্দনা)

# য়াওরিবা কবিশিংগী মরমদা

## লাইশ্রম সমরেন্দ্র

অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী অথোইবা কবিশিংগী মধুংদা অমনি। ইংকুমজা ১৯২৫ দা য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। ছাত্র ওইরিঙৈদা ইখিবা 'লৈ লাংবা' হায়বা শৈরেং অমু ফোঙবদগী মণিপুরী শৈরেংগী তাইবঙদা মাবু শকখঙনবা হোৎরে। শিনফমদি ওঝা ওইবনি। "ব্রা অমত্তা হায়গে তেলঙ্গা" হায়বা শৈরেংগী লাইরিক মচাঅমা ইংকুমজা ১৯৬২দা ফোঙলকপদা অনৌবা শৈরেংগী মশক্তা থোরকই। "মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাংলে" কৌবা মাগী অনীশুবা শৈরেংগী লাইরিক ১৯৭৪দা ফোঙখি। দি কলচরেল ফোরমগী, মণিপুরগী চেফোং 'ঋতু'গী সম্পাদক ওইরি। মণিপুর সরকারগী এডুকেশন ডিপার্টমেণ্টতা হৌজিকমক লৈরি।

## এলাংবম নীলকান্ত

পণ্ডিতনি; কৃতিক অমসুং কবিনি। ইংকুমজা ১৯২৭তা কৈশামথোং এলাংবম লৈকাইদা পোকই। ১৯৪৯দা 'মণিপুর' হায়বা মাগী শৈরেং ফোঙলকপদগী অনৌবা শৈরেং পোকখি হায়না পুন্নমক্না লৌনৈ। অদুনা অনৌবা মণিপুরী শৈরেং পোকপম্বু মহাক্নি। কলাগী অতৈ শরুক—লাইয়েকপা, পুংঈশৈ, জগোয় অমসুং লীলাদা চপমান্নবা থৱায় য়াওই। ১৯৭১দা ভারত সরকারগী থৌশীল মখাদা য়ুরোপকী লৈবাক অহুম — হঙ্গেরী, নোংপোক জর্ম্মনী অমদি পেরিস (ফ্রান্স) তা চৎতুনা সাহিত্য অমদি কলাগী মীওই কয়াগা উন্নরুহুনা মীৎয়েং

পাকথোরকই। ১৯৭১দা "চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি" হায়না কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অমমু কোংডি। ভারতকী মফম কয়াদা চৎতুনা ভারতকী অমদি ইন্টরনেসনেল কনফরেন্স অমদি সেমিনার কয়াদা য়াওরুই অমসুং শরুক য়াকুই। মণিপুরী লোলগী মাছুৎ ওইনা ভারতকী সাহিত্য একাদমীগী কার্য্যকারি সমিতিগী অমসুং সঙ্গীত নাটক একাদমীগী জেনরেল কাউন্সিলগী মেম্বর ওইরি। হৌজিকমক মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সেক্রেটারি ওইরি। মাগী ফোংলবা অতৈ লাইরিকশিংদি 'অচাইবা লৈ' (১৯৫৭) "মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ" (১৯৬৮) অমসুং "মতমগী রাখল" (১৯৭৩) নি।

## কাঙজম পদ্মকুমার

ইংকুমজা ১৯৩৪দা পোকই। য়াম্না নহা ওইরিংদা "শৈরেং মরূপ" কৌবা নহা ওইরিবা অশৈবশিংগী মরূপ লিংখৎতনা 'পোনগাংনবা' কৌবা শৈরেংগী লাইরিক ফোংবদা সম্পাদক ওইখি। ডি কলচরেল ফোরম্ মণিপুর লিংখৎপদা মরু ওইবা থৌদাং য়ানকই অমসুং 'ঋতু' ফোংবদা শরুক য়াই। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিদা থৌপুবা মীওই অমা ওইনা থবক নোমলম্মী। সমিতিগী "পুন্নী মূর্তি" কৌবা রানীমচাগী লাইরিক্কী সম্পাদকমু ওইখি। ১৯৭২দা "সন্ধ্যাগী ঈশৈ" কৌবা শৈরেং লাইরিক অমা ফোংখি। হৌজিকমক রামলাল পাল হায় স্কুলদা ওঝা ওইরি।

## রাজকুমার মধুবীর

ইংকমজা ১৯৪৬তা পোকই। অহানবদা 'মচু মচুগী আতিয়া" কৌবা শৈরেংগী লাইরিক ফোংই অমসুং "কায়রবা মূর্তি উবগা" কৌবা মাগী অনীশুবা শৈরেং লাইরিক্কা ১৯৭০দা ফোংখি। সমিতিগী অচংবা থৌপুবা মীওইনি। মণিপুর সরকারগী হায়ার সেকেণ্ডরি স্কুলগী ওঝানি।

## নোংথোম্বম শ্রীবীরেন

অশেংবা মিংনা নোংথোম্বম বীরেন; অহগা সাহিত্যগা মরী লৈনবা মিংনা নোংথোম্বম শ্রীবীরেন। ইংকুমজা ১৯৪৬তা পোকই। শৈরেং ইবদা নত্তনা ৱারীমচা অমদি লীলামচাসু ই। মাগী "তোল্লবা শাতুগী রাখল" কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অমা ১৯৭০দা ফোংডি। মতুগীদমক ১৯৭৩দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী মনা ফংডি। ৱারীমচাগী লাইরিক "লৈচিল্লকী থাজ" (১৯৬৮) অমসুং লীলামচাগী লাইরিক 'হল্লকপা' (১৯৭৩) অনীসিসু মাগী ফোংলবা লাইরিক্নি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ফোংবা "পরিষদকী অনৌবা শৈরেং লাইরিক"কী নীলকান্তগা লোয়ননা সম্পাদক ওইমিন্নৈ। মাগী 'হল্লকপা' কৌবা লীলামচা অমা ইংলিশতা হন্দোক্লুনা দেল্লিদা ফোংবা লীলাগী চেফোং 'এনেক্ট'তা ফোংখ্রে। হৌজিক ডি, এম, কোলেজদা মণিপুরী সাহিত্য তম্বীরি।

## সনখ্যা ইবোতোম্বী

ইংকুমজা ১৯৪৬তা কৈশামপাৎ থোকচোম লৈকাইদা পোকই। মশাগী অশেংবা মিংদি হাওরোকচম ইবোতোম্বীনি। ৱারীমচা, শৈরেং অমসুং লীলা অহুম্মক্ ই। অতুগী মাবু খ্বাইনা লাইরিক ইবা অমা ওইনা খংনবদগীদি লীলা য়াওবা মী অমা ওইনা খঙনবনা হেল্লি। 'মেম্মীগী ডোক্তর' (ৱারীমচা) 'তম্নলাই' শৈরেং 'সন্ধ্যা' (উপন্যাস, 'শ্লোগান' (লীলামচা) মাগী ফোংলবা লাই-রিকশিংনি। হৌজিকমক মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী স্কোলা-র্সিপ মখাদা নিয়ু দেল্লিগী নেসনেল স্কুল ওফ ড্রামাদা লীলা তমলি।

## থাংজম ইবোপিশক

১৯৪৮দা ৱাংখৈ থাংজম লৈকাইদা পোকই। নহারোল সাহিত্য

প্রেমী সমিতিগী অচঙবা অমদি মন্নাওইবা খৌপুবা মীওইনি। ১৯৬৯দা মাগী "অপাইবা থরায়" কৌবা শৈরেংগী লাইরিক সমিতিন্না ফোঙডি। ১৯৭৪দা 'শীংনবা' হায়না কৌবা অনৌবা শৈরেং ফোঙবদা য়াওবা শাউরবা কবি নহা অহুমগী মন্নুংদা অমনি।

## য়ুমলেম্বম ইবোমচা

কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই, ইম্ফালদা ইংশোক ১৯৪৯দা পোকই। য়ারীমচা ইহুনা সাহিত্যগী চেফোঙ কয়াদা ফোঙডি। "শন্দ্রেম্বী থোরক্লো নহুম পোঞ্জেন শাবিগে" হায়বা শৈরেং লাইরিক ১৯৭৩দা ফোঙডি। লাইরিক অসিদা ১৯৭৪দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী মনা ফংডি। ১৯৭৪দা 'শীংনবা' কৌবা অনৌবা শৈরেংগী লাইরিক ফোঙবা শাউরবা কবি নহা অহুমগী মন্নুংদা অমনি।

## বাহেঙবম রনজিৎ

সাহিত্যগী ওইনা ময়াম্না খঙনবা মাগী মিংদি রনজিৎ দন্নিট্টি। শগোলবন্দ মোইরাং ময়ুম লৈরক, ইম্ফালদা ইংকুমজা ১৯৭৯দা পোকই। সাহিত্যগী চেফোঙ কয়াদা চোইনা চোইনা মাগী শৈরেং ফোঙডি। ১৯৭৪দা ফাঙবা 'শীংনব'গী শাউরবা কবি অহুমগী মন্নুংদা অমনি।

## নোংথোম্বম জ্যোতিরিন্দ্র লুবাঙ

খাগেমপল্লী পনশাদা ইংকুমজা ১৯৪৯দা পোকই। সাহিত্যগী চেফোঙ কয়াদা মাগী শৈরেং কয়া চোইনা চোইনা ফোঙখি। "অমম্বগী মমি" হায়বা শৈরেং লাইরিক ১৯৭৪দা ফোঙডি।

# শৈরেংশিংগী অহানবা পরেং

